# বীরাঙ্গনা কাব্য

( মাইকেলগী )



নৌরেম্বম ইবোমাইচা

# বীরাঙ্গনা কাব্য

( মাইকেলগী )

এল, ইবোয়াইমা সিংহ



মমল : লুপা ২·৫০

প্রকাশক ঃ—

শ্রীনপুর সিংহ

ওরিয়েণ্টেল বুক ডিপো

অহুম্ব সংস্করণ, ১৯৬৬ ন.ভম্বর

কোপী ১০০০

ছাপা নম্ফম—

সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# উৎসর্গ

নোংপোক-চিদাই ওংবী ইমা ! কামধেনুগুম্বী
নমানা, অউন্‌পোৎ তম্বিরক্কবরা, নত্রে
নচা'পংব পোক্‌পনরা, কয়াত্ত নংলিবা !
অশিংব মচা-পোক্‌পনা, নচেম্‌ তরা-মঙা,
ঙাল্লি ইরং-লংনা ভারৎ-রাজ-সভা মাঙ্‌দা।
মবেন্‌গী কাব্য-ভাণ্ডার বেদ-বাণী-মণি
কয়া কয়া হৎপ-ফীজেৎ-লৈতেং মখল্‌-মখা,
মমা-মমাদা থোম্বিদো অশিংব-মচানা।
অরাবনি; হা জননি ! মবেন্‌ শক্‌খঙ্‌দব
নচা খরনা সমুদ্র রাংমগী ফীজোম্না
লৈতেংহল্লে-লৈতংহল্লী। তাক্‌পিয়ু মখোয়দা
লাইরবি ! নমাগী মণি-মুক্তা-থাম্ব লৈতেং
শেচ্চাগে, ভারত রাজ-সভাদা ঙাম্নবা ;
সমুদ্র-রাংমৈ ফীজোন্দি অতাক্‌-অকোংননি।
অপংব .নচাগী অ-মিত্রাক্ষর ছন্দগী
অপোম্ব-পরেং কচ্চরি, জননি; লৌবিয়ু।

ইবোয়াইমা

# অরাম্বা চুম্থোকপা

| লামাই | পরেং | | অরাম্বা | | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|---|
| ৯ | ৫ | ... | কম্ব | ... | কণ্ব |
| ৭ | ১০ | ... | কুশানন্দা | ... | কুশাসন্দা |
| ৭ | ১৮ | ... | থাদোক্লব্রা | ... | থাদোক্লব্রা |
| ৯ | ৫ | ... | গুরুদক্ষিনা | ... | গুরুদক্ষিণা |
| ১০ | ১১ | ... | পুরীণি | ... | পুরীনি |
| ১০ | ২৪ | ... | গুণমনি | ... | গুনমণি |
| ১৬ | ২ | ... | মন্দাকিণীনা | ... | মন্দাকিনীনা |
| ২২ | ৯ | ... | মণ্ডক্শক্ | ... | মণ্ডক্শম্ |
| ২০ | ১ | ... | কাবা | ... | কাব্য |
| ২৮ | ১ | ... | ক্যাব্য | ... | কাব্য |
| ২৬ | ১১ | ... | নৃশিংনা | ... | নৃংশিনা |
| ৩১ | ৭ | ... | বৈরী | ... | বৈরীগী |
| ৩২ | ২ | ... | নূপাদো নূপা | ... | নূপীদো নূপা |
| ৩৫ | ২৪ | ... | দ্রানেশ্বর | ... | প্রাণেশ্বর |
| ৩৮ | ৬ | ... | গুনিনিধিনি | ... | গুণনিধিনি |
| ৪২ | ৪ | ... | রাজরথ | ... | রাজরথা |
| ৪২ | ১৩ | ... | গেনি | ... | গনি |
| ৪৫ | ২৫ | ... | লক্রো | ... | লাক্রো |
| ৪৭ | ২১ | ... | থাদেক্লিবা | ... | থাদোক্লিবা |
| ৬৮ | ২০ | ... | যদ্ধদা | ... | যদ্ধদা |

# ভূমিকা

'বীরাঙ্গনা কাব্য' মধুসূদনগী চিঠিগী মওংদা ইব পত্রিকা কাব্যনি। কাব্য অসিদা মেঘনাদবধগী গাম্ভীর্য্য (চাঁউ-লেম্বা) অমুগা ব্রজাঙ্গনাগী মাধুর্য্য (মেঙ্‌না থুম্বা অমদি মুংশিবা)—অনি অসি পুম্না লৈ। মসিদা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী (Blank Verse) খমৃথেংব সীমা মাইকেলনা উৎপিরম্মী। হায়বদি ভাষাগী গাম্ভীর্য্য, যতি (লেপ্‌ফম্) অমসুং ছন্দ মপুং ফানা উৎলি।

ইতালীগী কাব্যসিন্ধুদা ঈরোইবা মতমদা মহাক্লা রোমগী কবি ওবিদনা লেংব Heroic Epistles (বীরপত্র কাব্য) থেংনরম্মী। ওবিদনা কাব্য অসিদা পুরাণগী বাবিগী নাযিকাশিঙ্গী পুম্নোনোব অমসুং রোমন্টিক মূর্ত্তি শেম্লম্মী। পত্র ওইনা নায়িকাশিঙ্গী পুক্নিং হাংদোক্লবগী আদর্শ ওইনা মধুসূদননা বীবাঙ্গনা কাব্য লেখি। ওবিদকী বীরপত্রশিংদোনা বীরাঙ্গনা কাব্যসু অফাওব পৌরাণিক নাযিদাশিঙ্গী পত্র ওইনা লেংবনি অমুগা পতি নিংবী সতীগী, কলঙ্কিনী প্রেমিকাগী, অমসুং অভিমানিনী সতীগী থমোইপাথোরকপনা থল্লি।

কাব্য রচনাসিগী মবমদা মধুসূদননা খৃষ্টাব্দ ১৮৬১ দা চিঠি অমদা রাজনারায়ণদা ইরম্মী ঃ—"গত কয়েক সপ্তাহের মধ্যে বীরাঙ্গনা নামে একটি বস্তু কলমের আঁচড়ে খাড়া করিযাছি, প্রসিদ্ধ পৌরাণিক নারীরা তাঁহাদের প্রনযী অথবা পতিদের নিকট নাযিকার উপযুক্ত লিপি লিখিতেছে—ইহাই 'বীরাঙ্গনা'। সব শুদ্ধ একুশটি পত্র হইবার কথা, আমি এগারটি সম্পূর্ণ করিয়াছি। সবগুলি শেষ করিতে দেরী হইবে বলিয়া এই এগারটি ছাপা হইতেছে। যতীন্দ্রমোহন ঠাকুর ও অন্যান্য দুই একজন বন্ধু ইহা পড়িয়া প্রায় ক্ষেপিয়া গিযাছেন ; তুমি নিজের বুদ্ধিতে বিচার করিবে।" "হোথিবা

চযোম্ থরগী মনুংদা 'বীরাঙ্গনা' কোব পোৎ অমথক্ ইবা লোইরে; অফাওব পৌরাণিক নূপীশিংনা মখোয়গী প্রনয়ী অমদি পতিশিংগী মফমদা নাযিকাগী মতিক্ চাব চিঠি ইবনি—মসিমক্ 'বীরাঙ্গনা' নি। ওয়মক্না পত্র কুম্মাথোক্ত শুগনি; তরামাথোইদি লোইরে। পুম্নমক লোইথোক্পা ওইবদা শিন্নি খন্দুনা তরামাথোই অসি ছাপা তৌরি। যতীন্দ্রমোহন ঠাকুর অমসুং অতৈ অতৈ মরূপ-মপাং অমা-অনিদি মসি পাবদা ওওরে হাক্না যায়। নং নশাগী বুদ্ধিনা বিচার তৌ।" পত্র তরামাথোই অসিমক 'বীরাঙ্গনা কাব্য'নি। মসি ওবিদ্গী Heroic Epistles গী আদর্শদা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইংবনি। 'কবিনা নারীচরিত্র বর্ণনাদা মশাগী লিরিক ক্ষমতাগী উজাড় শানা পরম্লে। বীরাঙ্গনাগী ভাব লিরিকোলনি ( সঙ্গীতময় ), ভাষা পেম্না চুশিন্নি অমসুং ছন্দদসু অপন্না যাওদে, পূম্নমক্কী মথক্তা নাটকী মওং যাওই। অশেংবদি বীরাঙ্গনাগী কবিতা অযাম্বদি একাত্মক নাট্য কাব্য ( Dramatic monologue ) নি হায়নদা চুমদবা ওইরোই। (অধ্যাপক সুকুমার সেন )

বীরাঙ্গনা কাব্য অসি মধুকবিগী থোমিংকারব প্রতিভাগী দায়নি। তিলোত্তমাদা থোরকপ, মেঘনাদবধদা শাংকাকপ 'অমিত্রাক্ষর ছন্দ অদুগী মপুং ফানা ময়া বীরাঙ্গনা কাব্যদা উবা ফংই।

অসি গুম্ব কাব্য অসি মনিপুরী সাহিত্যগী মতেং ওইনবগী অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ( Blank Verse ) অনুবাদ তৌজরনি। সুধী পাঠকশিংনা তরানু তরাম্ লৌশিন্নিরবদি রাজবা মহৈ যাম্লে খঙ্গনি। অলঙ্কার পরিশিষ্ট (খ) দা যেংবিয়ু। ইতি ১৭।২।১৯৬৬।

অনুবাদক

**শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ**

# সূচী

হিরম | লামাই


১। অহান্ব সর্গ—দুষ্মন্তগী মফমদা শকুন্তলা ... ১

২। অনিশুব সর্গ—সোমগী মফমদা তারা ... ৯

৩। অহুম্শুব সর্গ—দ্বারকানাথগী মফমদা রুক্মিণী ... ১৭

৪। মরিশুব সর্গ—দশরথগী মফমদা কৈকেয়ী ... ২৪

৫। মঙাশুব সর্গ—লক্ষ্মণগী মফমদা শূর্পণখা ... ৩০

৬। তরুক্শুব সর্গ—অর্জ্জুনগী মফমদা দ্রৌপদী ... ৩৬

৭। তরেৎশুবা সর্গ—দুর্য্যোধনগী মফমদা ভানুমতী ... ৪৬

৮। নিপান্শুব সর্গ—জয়দ্রথগী মফমদা দুঃশলা ... ৫২

৯। মাপন্শুব সর্গ—শান্তনুগী মফমদা জাহ্নবী ... ৫৯

১০। তরাশুব সর্গ—পুরুরবাগী মফমদা উর্বশী ... ৬৩

১১। তরামাথোইশুব সর্গ—নীলধ্বজগী মফমদা জনা ... ৬৮

পরিশিষ্ট (ক) অরুব শব্দশিঙ্গী অর্থ ... ১

(খ) মসিদা য়াওব অলঙ্কার খর ... ৬

# Bibliography


১। মাইকেল মধুসূদনের বীরাঙ্গনা কাব্য—
By. Pro. A. L. Banarjee M. A.

২। অলঙ্কার চন্দ্রিকা—Shyamapada Chakrabarty

৩। অলঙ্কার জিজ্ঞাসা—শুদ্ধসত্ব বসু

৪। অমরকোষ—চৌখাম্বা

৫। মাইকেল মধুসূদনের মেঘনাদ বধ কাব্য

৬। Students' Favourite Dictionary—Bengali to English.

৭। হিন্দী-মণিপুরী শব্দকোষ—রাধামোহন— নারায়ণ শর্ম্মা

৮। মহাভারত

৯। রামায়ন

১০। অভিজ্ঞান শকুন্তলা

১১। বিক্রম—উর্ব্বশী

১২। Chamber's Dictionary.

১৩। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ—শ্রীপঞ্চানন তর্করত্ন।

১৪। প্রতিমা-নাটকম্ ( মহাকবি ভাস )—By A. Shastry

১৫। রঘুবংশ ১ম—২শুব সর্গ ( কালিদাস )

# বীরাঙ্গনা কাব্য

## অহান্ব সর্গ

### দুষ্মন্তগী মফমদা শকুন্তলা

[ শকুন্তলা বিশ্বামিত্রগী ওবসদগী মেনকা কৌবী অপ্সরাগী গর্ভদগী পোক্‌খি; মমা-মপানা অঙাং ওইনা কন্দোক্‌পিবগদগী, কন্বমুনিনা মহাকপু যোক্লম্মী। নোংমা মুনিবর লৈত্রিঙৈদা রাজা দুষ্মন্তনা, মৃগয়া লাক্‌পদা মহাকী আশ্রমদা চঙ্‌লুবদা, শকুন্তলানা রাজ-অতিথিবু মতিক্‌চানা অতিথি সৎকার তৌরম্মী। রাজা দুষ্মন্তনা, শকুন্তলাগী অসাধারণ রূপ-লাবণ্যদা শুম্‌থলদুনা, অমসুং মহাক্ ক্ষেত্রীবংশদগী পোক্‌পীনি,— হায়রি অসি তাদুনা, মঙোন্দা প্রেমাসক্ত ওইখি। মতুংদা রাজানা মহাক্‌পু লোন্না গান্ধর্ব-বিধিদা বিবাহ তৌরগা স্বদেশদা হন্দিখি। রাজা দুষ্মন্তনা স্বরাজ্যদা লেঙরবদা, শকুন্তলাগী ঙৈ-গাউ করি অমতা লৌরম্রবদা, শকুন্তলানা রাজ সনামাঙদা মথাগী পত্রিকা অসি থাখিরম্মী। ]

থুরুম্‌জৈ চরন্দা ঐনা, বন্দা লৈবী দাসী,
রাজেন্দ্র! কাউখিগ্রবসু মহাক্‌পু নহাক্না,
নংবু কাউবা ঙম্‌গদরা হেক লাইবক্‌থীবীনা?
আশাগী নিশা কারবী পাগলীনি ঐদি!
উফুল্ মপৈ উরবদি, নাথ, অতিয়াদা;   ৫
মালংব-থোন্ তারবদি অথাপ্প উমংদা,
ইথং-থংনা হেক্না থল্লি,—মং কারবা শামু,
রত্ন কয়া শেচ্চাদুনা, থুংলরে আশ্রমদা,
থোঙ্‌মী-লাম্মী, শগোল্-শামু, দোলাই, দোলাই-থৌব,

দাস-দাসী লোয়নজুনা! আশানা শুম্বদৈ
প্রিয়ম্বদা, অনসূয়া, কৌই সখী'নিবু;
হায়দো-'যেংজোদো, ইতা-ও, 'সুক্ কুইবদা ঙসি
নিংশিংবিরে ইবুঙোনা মাগী দাসী'সিবু!
যেংঙু্ঙদনা, উকুল্ মপৈ কান্নি অতিয়াদা!
তারোদনা লাউখোঙ্বসী! পুরবাসী ময়াম্ ১৫
লাক্নমাগে ঐবু লোৌবা নাপগী মাথংদৈ!'
তুমিন্না ঙক্তা কোন্দুনা কপ্পি প্রিয়ম্বদা;
কপ্পি ইতা অনসূয়া বানা তেংথজুনা!
হাখু-হাখু চেল্লি ঐনা নিকুঞ্জ উমংদা,
অহান্বদা, মহীনাথ, পূজা তৌজখিবা ২০
থুযা অনি; মাইকৈ মরি যেঙিঙ ইফীং কিংনা।
যেঙিঙ মকা ফম্ম লৈরাং, মযাঙ্কোংব উরী;
তাজৈদা ঈশৈ কোকিল্গী, খ্বাংজেংবনা ঙংবা,
ঈচেন্ মখোল্, শ্র শ্রু লাউব মখোন্ উনাশিঙ্গী;
কু কু কু খোঙিঙ শুত্নুনা: উশাদা নুঙাইনা, ২৫
অমোম্ চিল্লোক্করজুনা: তৌই প্রেমালাপ।
চৈজুনা হঙিঙ লৈ-শিংদা; 'নিকুঞ্জ লৈতেংশা,
করি থন্দুনা নোক্লিবা? করিগী নুংশিংনা
যেম্বগে ঙসি অসিদা লৈরিক্কী অমৃত?'
কোকিল্দা হায, 'পিকপতি! করিগী নহাক্না, ৩০
খোঙ্হাং-ঈহন্ অসি ঙসি থীংথরি অসিদা?
কনা লাউবগে হরাওনা নুঙাইতব কান্দা?
মদন্গী দাস মধুনি; [illegible] [illegible]দা

নংনি ; মদন্দুবু শুম্মী মাগী রূপ-গুন্না,
শক্তি করি মুণ্ডাইহনা নংনা মা-য়াওদনা ?' ৩৫
থোইমুনা ঙংবা তাবদা থল্লি—মখোন্ নেম্না
কপ্লিমাল্লে বনদেবী ঐগী অন্নাবদা,
ইরাওথোন্ তাবদা থল্লি — অরুম্ব মখোন্না
নিন্দারি বনদেবনা নহাক্পু, নৃমণি, —
কিনা নীক্ই, শাপ্ তৌরবদি মহাক্না শাউহুনা। ৪০
উনাদা হায়—তারো, উনা ; — তাদক্লা উবদা
নংবু, শামিন্নরে ঙংগোই নামিদনা নঙ্গা
প্রেমময়ইনা ; হুবু কংনা মখম্দদি নংনা,
তুক্কচনা নহাক্পুহেন্ তানি মানা লাপ্পা ;—
অহুগুম্না দাসীবুসু পাদোক্পা নৃপতি ?' ৪৫

তম্থিব নিং উইশিন্দুনা হৈনোংখাঙ্দা কম্মী ;
ভম্ চণ্ডহনা চাওনা থল্লি ফঙ্গনি থুনমক্
খুন্না থম্বাল্ ! নীক্ই পথোই দম্, দরং লাউনা
খোঙ্গী শউন্ তারবদি ! নিং পাণ্ডিত হন্নাওনা,
কুরঙ্গিণীবু উবদা কপ্পি থব্বাই ব্বানা ! ৫০
চৈ-থাংহনা তাল্লি মাবু খুবাক্না পাহনা !
কোই হৌনা খোই-নিংথৌবু ; হায়রক্লে.—'লৈরাং মরূপ্
মমুপাম্ব, নং লাক্কুনা লাক্খুরো ঙংহনা
তম্থিব চিন্নান্সি অমুক্ ! কন্নবা দাসীবু
থণ্ডৌদনা উংলরনি পুরুবংশ মণি !' ৫৫
'হুবু কৌইক্ত অরেম্বদা, করি মিহৌহনা
পাইরক্ন্দ্রা অমুক মধু পাম্ব খ্বাজেংবনা

মাযথোংসি উবদা,—লৈরাংনা লৈনম্ চম্বদা
কদোম্ঙৈ লুনা মহাক্পু তৌবগে কনানা ?
কপ্পা কপ্পা চঙিঙ, প্রভু, লতাকুঞ্জ'দুদা, ৬০
নিংশিংবরা নরপতি, খন্দুনা যেংবিয়ু !
প্রেম্না ইখৌরাংবদগী কমদুনা মদুদা
থম্বাম্লেকাদা ইরম্মী ইশৈ অভাগীনা ;—
খঙহৌদনা নংনা'দুদা চঙ্লগা, ইংহন্খি
শাথিব কাযন-মৈচাক্সি ! করিনো কযা-ই ৬৫
থম্বাল্-মনাদা নিতিগী, হায়নি করম্ মদু ?
হাযজৈ প্রভু মালংবদা ইখুৎ লোন্নদুনা ;—
'ঐনা ইবসি হুমদুনা, হা নুংশিৎ নিংথৌও,
সনা চরন্দা থাদরু, সনা কোন্নুং'দুদা
ঙাম্বিরিবা রাজাসন্দা রাজেন্দ্রমণিনা !' ৭০
শজিদা হাযজৈ কৌদুনা নোংমা ইবুক্ শেংনা;—
'পুক্লিঙ্গী গতি নঙোন্দা পীরম্মী বিধিনা,
কুরঙ্গ ! পত্র পুদুনা, চৎলো থুনা হ্নাঙনা
প্রাণনাথ লৈফম্ তান্না। হাই হাই, শিরে ঐদি
কাযনবদা ! পীক্লিঙৈদা নংবু যোক্খি লুনা ৭৫
তম্থিব প্রাণ কম্লরো ঙসি চাম্বিদুনা !
কনা'মদা করি হায়বা, হাযদুনা কৈদোনি,
নরেশ্বর ? নিংশিংবরা, খন্দুনা য়েংবিয়ু,
অনসূয়া প্রিয়ম্বদা সখী'নি নত্তনা,
লৈতে অতৈ খঙ্বা, হাইহাই, অচিক্প বন্দিদা ৮০
অভাগীগী অরাবরা ! মখোয় অনি'সিনা ;

ইপি তৈথোক্পি খুজক্তা, লৈরবদি নাক্তা ;
শূক্থনা ঐবু উবদা শাউই ঋষিবালা,
নিন্দা তৌই নংবু, রাজা, অথীব রাহৈনা !—
বজ্রগুম্না চৈ-থাংবদো পাল্লি ইবুক্'সিদা ! ৮৫
পোক্থায়্ থনুঙ্গী অশাওবা—রা ঙাঙ্বা থোক্চদে ।
অতৈ অতৈ মফম্ কয়া,—কোয়দো কপ্না কপ্না
লৌনম্বিরম্বা দাসীবু, পূম্নমক্ অদুদা !
গন্ধর্ব্ব বিবাহ তুংদা উ-মখোং অদুদা,
নিকুঞ্জদা ফুলশয্যা শেমদুনা খুসীনা ৯০
চরণ থৌগন্থি দাসীনা কানন-বাসর্দা,—
করি ভাব থোক্খি, য়েঙঙু খন্দুনা পুক্নিংদা,
অশিংব, হেক্ চঙ্শিম্বদা নিকুঞ্জ অদুদা !—
হা বিধাতা, লৈরম্বরা অসি নপুক্নিংদা ?
মহৈ অসি যাল্লবরা হুংশি-পামেল্ থক্তা ? ৯৫
—অস্তুম্তোনা কোযরি নিতি অনাথিনী ঐনা,
প্রাণনাথ ! লাইবক্ ফৈদা, ইনেহন্ গোতমী
তপস্বিনী-তপ-জপ্তা মপুক্নিং লূপ্লম্মী ;
নত্রবদি, সর্ব্বনাশ শোয়দনা ওইরম্নি
নহান্না ! পুঞ্জনিংদরে শম্জি লৈ ফজব ১০০
থেঙ্নুনা অমুক্ ! ইবুঙো ! মোৎলবা উকুনা
কূপ্চরি মোৎলব দেহ ; চানিং-থক্নিংদরে ;
থঙ্দরে কনাদা করি হায়নি ইবুক্শেংনা !
স্বর হোন্দোক্ই রাবনা, ওল্লি লৈমায়থক্তা
মাঙঊীদো জ্ঞান তত্তনা ; জ্ঞান লাক্পা কান্দা ১০৫

নংবু উরশী ইমাঙ্‌দা মিৎ-পাঙ্‌থোরকপদা !
থুদক্তা পাম্বোম্‌ ফন্দুনা কোম্নবৈ হোচ্চিল্লি
নথোং অনি ; ফংদত্তনা কপ্লি ৱা-ৱা লাউনা !
কদৌঙৈ কনানা, করি পাপ্না খাঙ্খিবগে
নিঙ্‌ব-কাম্বা অসিগুম্ব ? পাপ করিদগী ১১০
নৈবিন্নিবনো বিধিনা, কনাদা হংদগে ?
চাম্বিত্তনা পোখাহম্বী নিদ্রানা, কদৌঙৈ
মাগী মেঙ্‌লবা তম্বাক্তা পম্বিবদা ঐবু,
কয়া উইদো মঙ্‌দা হায়নি মতু করম্নবু ?
সনা-মণি তিন্না শাব উইদো ফুরা-দোলান্‌ ; ১১৫
য়া-অনি-য়া-শাব থোঙ্‌ঙাক্‌প য়া-অনি,
সনাগী আসন পরেং উই মফম্‌ মফম্‌দা ;
লৈগী শয্যা, বিদ্যাধরী নঙ্কৎপা থোৗগম্বী ;
কনানা শকৃই, কনানা শাই ; লাঙ্খিল্লি লৈতেং
লোত্নুনা কনানা ; হাউর-হাউরবা, কনানা ১২০
রাজভোগ ! উইদো মণি-মুক্তা মপৈ মপৈ,
অলকাপুরীদা তৌগুম্‌ ! তাজৈ বীণা মখোন্‌ ;
মুংশিব মনম্না মনঃ ঙাওই, স্বর্গ-বন্দা—
(তারম্মী ৱা অসি, নাথ, পিতা কম্নদগী)
নন্দন-কানন-মুংদা বসন্তদা তৌগুম্‌ ! ১২৫
উরম্মী নংবু, নৃমণি, সনা সিংহাসন্দা !
কোক্‌ মথক্তা রাজছত্র ; রাজদণ্ড খুত্তা,
লৈতেঙিঙ মণি রত্ননা ; পৃথিবী পূম্বনা
থুরুম্মী থুয়া থম্বান্দা, য়াথুদোল্‌ পায়দুনা !

মিংপাঙবদা কপ্পি কয়া হায়দগে কনাদা ? ১৩০
—থঙিঙ দাসী, হে নরেন্দ্র, ইন্দ্রগা মান্নব
বিভব, মহিমা নঙ্গী ; মপা লৈতে নঙ্গী
শাগৈ, ইজ্জৎ, লন্দা, জগৎ 'সিদা, মহারাজ !
মিহৌদে 'হুবু দাসীনা বিভব ! থৌগন্গে
দাসী ওইনা খুযা অনি—অসি পাম্জ্রে মন্না,— ১৩৫
কুইরব আশানি, নাথ, তম্থিব থম্মোইগী !
ঐদি উমংদা লৈবীনি, উকু-উরাং শেৎলি,
উহৈ-রাহৈ চারি নিতি, নিতি কুশানন্দা
ভুম্মী ; করি কান্নে, প্রভু, রাজ-সুখ ফংবা ?
অতিরাদা রোহিণীনা শান্নেদো চন্দ্রগা ; ১৪০
পূজা তৌজেদো থরোনা মর্ত্ত্যলোক্তা মাবু !
সনা চরন্দা থম্বিয়ু ঐবু দাসী ওইনা !
পুন্সিগী লাইবক্থীবীনি ! ইপা-ইমানস্থু
হন্দোক্লম্লে পীক্লা ঐবু, থঙদে, করি পাম্লো !
মী-চাক্লা প্রাণ হিংলক্লে—মীনা যোক্পিহুনা !
নব-যৌবন 'সিদা হৌজিক্ থাদোক্লত্রা নংনা,
প্রাণপতি ! করি দোষ, হায়য়ু, নাথ, তাগে,
লংজৈ দাসী শকুন্তলা, খুয়া অনি'হুদা ?
মহম্ শাহুনা হুঙাইনা, মনঃ 'সিদা চেক্লা
লৈজরম্মী ; ব্যাধশানা লাক্তুনা করিগী ১৫০
মাবু হাৎলৈ ? তাজে, রথী অথোইবনি নংদি,
শাথিব পাম্বোম্ পাঙ্গন্দে ফাওরিদো ভারত্তা ;
করি মিংচৎ ফংলে, হায়য়ু, মিংচৎপ ! নহানি

ঐ অবলাশিঙ্গী—মাঙ্ হল্লগা ঐ' লুপ্তাইবা !<br>
বন্দগী পিতা কণ্বনা হল্লক্প মতমদা ; ১৫৫<br>
করি তমগনি মঙোন্দা, হায়বিয়ু দাসীদা ?<br>
অনসূযানা চৈ-থাঙ্গিগু অথীব হায়জুনা,<br>
নিন্দা তৌই নংবু প্রিয়ম্বদানা,—কৈ হায়না<br>
অশিন্নু , তাক্লি দাসীনা, হায়বিয়ু ননাইদা ?<br>
হায়য়ু , করি হায়না, দেব, হাই হাই, বুঝাইগনি ১৬০<br>
তমথিব প্রাণ অসিযু—নোঙ্গরি খুবাদা !<br>
বনচর দূত্নি নাথ ! থঙ্দেদো করম্না ?<br>
চঙ্গদগে রাজপুর রাজ সভা—য়ারদা ?<br>
'হুবু ইরাক্লব মীনা, তাজে, লামতুনা পায়<br>
নাপী, ফংদ্রবদি অতৈ করিসু মমাঙদা ! ১৬৫<br>
হিংবগী আশা কনানা থাদোকপগে হেক্তা !

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী শকুন্তলা<br>
পত্রিকা কৌব অহাম্ব সর্গ।

---

# অনিশুব সর্গ

## সোমগী মফমদা তারা

[ সোমদেব—হায়বদি চন্দ্রনা বিদ্যাধ্যয়নগীদমক্ দেবগুরু বৃহস্পতিগী আশ্রমদা লৈবিডুঙেদা, গুরুপত্নী-তারাদেবীনা মহাক্কী অসামান্য সৌন্দর্য্য উবদা শুম্মত্তুনা, মঙোন্দা প্রেমাসক্ত ওইখি। সোমদেবনা, অদুঃ লোইদুনা গুরুদক্ষিণা কৎলগা বিদায় লৌরবগী বাসনা হায়দোক্লক্পদা, তারাদেবীনা মপুক্কিগী ভাব অমুক্ লোত্তুনা থম্বা উম্মম্দে; অদুগা সতীধর্ম্ম থাদোক্তুনা সোমদেবদা মখাগী পত্রিকা অসি ইবিখি। সোমদেবনা অসিগুম্ব পত্রিকা পাবগা কবি তৌরবদগী হায়বতু মতাং অসিদা মতুগী পরিচয় পীবগী দরকার বাবস্থু লৈতে। পুরাণজ্ঞ মীওইনা মতু খঙবিবিবনি ]

করি হায়না কোগদগে, হে অমৃতনিধি,
নংবু অভাগী তারানা? গুরুপত্নীনি ঐ
নহাক্কী, নিপা অগোইব; লাইবক্ থীবদগী,
থোগম্নিংঙি দাসী ওইনা চরণ অনিত্ত!—
ইকাইদা! তমথিব কলম! করম্না নহাক্না, ৫
ইরিবা পাপকী ব্রাহৈসি,—হাই হাই, করম্নবু?
তুবু অরেম্বদা চৈরি নংবু! খুৎকী মনাই
নংনি; মন্গী মনাই পুৎনি; মনঃ চাক্লবদি
নং করিগী চাক্লোইদগে? বজ্রগী মৈরিনা
উতোন্ চাক্লবসু, শিদো তাংজরিবী উরী! ১০
হে স্মৃতি! কুকর্ম্ম তৌব মবুক্ ফত্তবনা
থাংমৈ মুথৎপগুম্; ওসি পাম্জরে মুথৎপা
নংবু পাপিনী তারানা! পীবিরো, কাউরগে
ঐগী মনঃ-চোর কনা, হাহা, ঐনা কনা!

মমাঙ্গী য়ারি কাউরগে,—কাউরগে মতুংদা ! ১৫

লাউ অত্নদি, প্রাণসখা ! থাদোক্চরবনি
জাতি, মান নঙ্গীদমক্,—ধর্ম্ম, লজ্জা, ভয় !
জাতিগী পোন্ থুদেক্তুনা, জাতি চেক্লা-মোয়া
পাইখরে মালংব-হন্দা, ফারো লাউ মহাক্পু,
তারানাথ !—তারানাথ ? কনানা থোরম্বা ২০
মিঙ্গৌসি নংডান্দা, সখা, হায়খ্রদো তারাদা !
তন্থিব পুক্রিংসিগী য়া কম্দৌনা থগুলম্বা
মিংথোয়না ? থঙ্গরম্মা, লোক্নুনা অহিংদা
লৈবগুম্না মনম্ থম্বাল্ উর্মুশিন্ন কারেদা,
লৈরম্মী হৃদি মন্থদা, প্রেমাসু, নুংশিব : ২৫
অত্নু—অরেম্ব চিন্না ! অং নংসে তৌরিদা !
অচাক্পা-মৈনু কাদৌইঙ্ক কনা চাম্ম লোংপা ?
লাউ অত্নদি, প্রাণসখা ! তারানাথ ন নি ;
ইংহল্লো তারাগী মৈচাক্ ! স্বদেশ থাত্নুনা,
বিদেশ কোযত্রা রাজানা, কাউথোক্তুনা রাজ ৩০
কাজমথৈ ? দর্প তৌনা, কন্দর্পনু কোব
মীনকেতুনা, অথোব-তেন্-মণ্ডা কেন্দ্রাংদা,
লৈরাং-লীরুং পাযরত্তনা, লাক্লরে নমত্নুনা,
সহায়-লৈতব পুরীগি ; কর্ম্নিন কনানা
মাবু, তারানাথ, কখিদ্রবদি নহাক্লা ? ৩৫

নুমিং অত্নু,—ফত্তে হায়নি করন্না, তারানা
নুমিত্তুবু ; গুণমনি, মমিংনা উরম্ব,
চন্দ্রমুখ নুমিং অত্নু,—চাংদমদে জগত্তা !—

অহাম্বদা থোংদারম্ব শান্ত আশ্রম'সিদা
নহাক্না, নুমিৎ অহুদা, হায়্, নিশানাথ, ৪০
থঙ্‌হৌদনা শাচ্চরম্মী থরো 'নৌবগুম্না
প্রাণ অসি, হরাওবনা ঐহাক্কী, লৌরম্মী
তাউবগুম্না আনন্দগী ঈপাক্তা ! তম্থিব
মাযথোং অসি তোযনা তোযনা যেংলম্মী মিংশেন্দা ;
লোল্লম্মী বেণী চেক্‌শিন্না ; হেক্‌ই লৈরাং-কয়া, ৪৫
(বন-রত্ন) রত্নগুম্না থেংলম্মী শম্‌জিদা !
ঐহাক্কী শেংনব কিদি উক্ ; হঙ্গোইরম্মী
নত্রু ! বনদেবীদা নিরম্মী, কপ্তুনা
খ্বাংজেং-নমখাং, ফুরিৎ, কোক্‌ফা, কঙ্কণ, কিঙ্কিণী,
কুণ্ডল, মুক্তা পরেং, খ্বাঙ্গোই খ্বাং ফানব ! ৫০
চন্দন্ থাপ্পা লংলম্মী কস্তুরী থম্বদা।
হাই হাই, অপঙ্‌বীনি ঐসে ! উম্মদে থঙজবা
থঙ্‌হৌদনা অপাম্বসি করম্না পোক্‌থিবা
পুক্লিংদা ? থঙ্‌জরে, বিধু ! মধুনু ফংবদা,
সাজ-কযানা নুংশিনা সাজাই বন-মযাম্ ! ৫৫
তারাগী যৌবন-বন-ঋতুরাজ নংনি !

গুরু খুযাদা ফম্বদা বিদ্যা তম্নগী,
পুক্‌ফব ! ইমুঙ্গী থবক্ কাউহনা পাপিনী
ঐনা, তারম্মী হুংঙাইনা মরুম্‌দা কম্‌তনা
মধুর স্বরদো, মধু-তৈবও, পুন্সিগী ! ৬০
কদোননি, তন্ত্র-মন্ত্র বেদ-পুরাণগী বা ?
কদোননি, বীণা মখোন্ মুরজ, তুম্বকী ?

থীক্তৈ অমৃত চিন্দগী নংনা ! জগোইজনি
তুজ্জনা তারানা, বাহোংগুম্না নোং-খোংবদা !
গুরুগী য়াথং ইন্দুনা মনবীশিং পুত্থনা ৬৫
থাপ্প বন্দা, সুরমণি, নত্তোম্ কোযথিবদা
যান্না কইনা ; দিবানিশি, কায়নব—মৈচাক্না
কম কপন্মী তারানা, তাদনিংগু কনাদা—
হওনা লপ তেথোক্লম্মী ইকাই-হঙ্গোইননা !
গুরুপত্নীনি হায়জনা খোঙ্দা খুবম্বদা ৭০
সুধানিধি, উইশিল্লি মিৎ, থম্মী-পুক্কাদা
ঐনা মানিনী যুবতী, নংনা প্রাণপতি,
মান-ভঙ্গগী থুকম্মী দাসীগী চরণদা !
আশীর্ব্বাদ ওইনা ঐনা খুকম্মী থন্নুংদা !
গুরুগী মহাপ্রসাদতা নথম্বাই লুপ্পদাই, ৭৫
তারাকান্ত ; হাবা তুদা আচমশ্লোনবা
জল লাঞ্জিন্ন মহমদা গুরুগী যাথংদৈ
মপান্দা, চানব কয়া তাথম্মী চানুক্তা
লোন্না ঐনা পুরক্লগা, নিংশিংবরা মহু ?
মনাইগী-মহুত্তা, সখা, থেংনখিদরা থক্ ৮০
পান-খুদপ্, ভুম্ফমন্ডা ? কুশাসন থাদা,
হে বিধু, মনম্ তুংশিব লৈ-থক্ উখিদরা ?
হাই হাই, প্রাণ কপ্পি নাগী মথক্তা উবদা ;
থোংলব-থম্বাল্ নিন্দিব শ্রীঅঙ্গ নহাক্কী।
'তুদৈ, ইন্দু . লৈগী শগা শেগী দুঃখিনীনা ! ৮৫
অনীঙ্বা কয়া থোরকই, তুনথাগ তৌবদা,

তম্‌থিব মনঃ অসিদা, খঙ্‌ববু ঙম্বরা ?
পৃজাগীদমক্‌ লৈ-মযান্‌ হেক্লবৈ লৈকোন্দা
চঙ্খিবদা, থেংনবদাই অহেক্‌প লৈরাংশিং
মাইকৈ মরীদা। নোক্লুনা হায়বদাই নহাক্না, ৯০
"দয়াময়ী বনদেবী লৈরাং হেক্‌পিজুনা,
থম্বিরগে কোক্লনবা ঐহাক্কী অরাবা !"
হুরু হায়গে হৌজিক্‌ সত্যকথা, গুণনিধি ;—
হৌগত্‌্না নোংথাই কান্দা চঙ্‌লম্মী উমংদা
ননাইনা ; হেক্লগা লৈরাং মগী নঙ্গীদমক্‌ ৯৫
মাইকৈ মরীদা থনম্মী ! লীক্লা-মরিক্‌ কথা
লৈরাংশিংদা পক্লিবদো, হে অমৃত-চেম্ব,
অভাগীগী পি-মরিক্লি— তাক্‌চরি নঙোন্দা !
পাউমেঞ্জে কথা তারানা,—হাইহাই, পাগলিনী !—
লৈ খুদিংদা, মতু করম্‌ পন্‌গনি মচিন্দা ? ১০০
হায়রম্মী মানা লৈহাউদা,—"নংকুচু উবদা,
লৈরাংও, তরাম্‌ তরাম্না নংবু লৌখৎপদা
মখুৎ-থম্বান্দুদা, সখা, হায়রুকো মঙোন্দা,—
ঐগী কুচু-পাম্ব অসি মক্লে নাপন্দগী
উক্লবদা কুচু-পাম্ব, হে রোহিণীকান্ত, ১০৫
মক্লে কুচু-পাম্ব অতু নহাক্‌ য়াওদবদা !"
হায়রম্মী মানা কদম্‌দা,—হায়বা ঙম্‌দে, করি
হায়রম্বা মানা মঙোন্দা, ইন্দু , ইকাইবনা !—
রস—সাগরনি নংদি, যেংবিয়ু থন্দুনা !
তাজে মীগী মচিন্দগী, চন্দ্রলোক্তা নংনা ১১০

নতম্বাক্তা শজিমচা পম্মী, অচিক্পদা
কপ্পুনা ঐনা পম্লম্মী শজিমচা কয়া
তম্বাক্তা, করি'মুক্ হায়নি ? নোক্কনি তাবদা,
মনোক্ ফজব ! মাঙলে জ্ঞান্ ; থঙ্দ্রে করি ইনি !
থমোইসি কাগরম্মী তারা মপৈ হেক্ উবদা ১১৫
কৌজরম্মী লৈচিঙ্গিংবু কৃপ্শিন্নবৈ কুইনা,
রোহিণীগী সনা কুচু। ভরম্না ঙাওতুনা,
লোম্নবীনি হায়না মাপু চৈরম্মী শাউতুনা !
অশাংপ থরো উবদা অহিংদা ঈপাক্তা
শেগাইথি শাউনা হেক্লগা ;—অমম্ব ইমুংদা ১২০
হোচিরম্মী কম্না থরো মনাক্তা উবদা
নগাক্পু ! লৈপাক্তা তুইদো, ইচোচ্চোংলি পিনা,
অভিমান্ তৌনা হায়রম্মী,—তন্থিব বিধাতা,
লৈত্তরা যৌবন ঐগী—ইশক্কী মুংশিবা ?
'তুদি করিগী,—'নিঙ্শিঙ্ঙ দু অরেম্বদা ১২৫
মমাঙ্গী মা ! হঙ্গচগে তাঙ্গা পীবা কান্দা !

দক্ষিণা ফনা কত্তুনা পেল্হল্লে গুরুদু ;
গুরুপত্নী নিরি ভিক্ষা,—হাপ্পু মাগী ভিক্ষা !
পীয়ু ভিক্ষা ছায়াগুম্না লৈজগে নহাক্কা
দিবানিশি ! দিবানিশি, নাথ, সেবাজগে ১৩০
দাসীগুম্না খুযানিদো, হাই হাই, তোল্লিদকো,
করি পাপ্পৈ, বিধি, মৈচাক্ অসি হবিরম্বা
লাইবক্সিদা ? মহাঋষি বংশদা পোক্পনি,
'তুবু চণ্ডালিনীনি ঐ ! য়াল্লবরা হৌজিক্

মনম্ থুংশিব লৈরাংদা হু-থল্লব মহে ? ১৩৫
কোকিল্গী মহুম্দা লোন্না থম্লবরনে
ক্বাক্মচা ? কর্ম্মনাশা—পাপ য়াওনা চেম্বী !—
চেন্দুনা করম্ তিল্লিবা—জাহ্নবী ঈপাক্তা ?

ঙাকুউ, চেক্লা অযোক্পদি, সখা ! পোন্ হাংবদা,
চঙ্জনিঙিঙ অমুক্ হন্না হাম্নৈ কৈশূম্-শঙ্দা, ১৪০
লাউদো নহাক্ ; লাক্লো থুনা ! চৎকে কুঞ্জবন্দা,
নংনা, চেক্লা নিংথৌ ! নংনা ঐবু থুরবদি !
লৈহম্বিরোলাউ থুগাদা,—প্রেম-সন্ন্যাসিনী
ঐনি ! নং চৎকম্দা চৎকে, তৌগে অতৌবহু ;—
কথোক্চগে দেহ মনঃ নঙ্গী থুগা থাদা ! ১৪৬

কলঙ্কী শশাঙ্ক, হাযনৈ নহাক্পু মী থ্াইনা।
ওইহল্লোরাউ কলঙ্কিনী কিঙ্করী তারাবু,
তারানাথ ! জাতি মান কায়দে বুথানি।
লাউ, তারাগী অনীঙব-ও ! চাক্লে বিরহিনী,
চাক্প গুম্না উমং-ম্নামং তম্থিব লম্মৈনা ! ১৫০
চকোরীনা নংবু সেবা তৌবদা, নহাক্না
অমৃত পীবি মঙোন্দা, অমৃত নিধি-ও।
দোষ করি অভাগানা লঙজরে থুগাদা ?
করি তপঃ তৌবদগী নিতি কুমুদীনা
ফঙিঙবনো নংবু হাযযু ? হৌরগে থুনমক্ ১৫৫
একাসন্দা, তুম্বা-চাবা থাহুনা তপঃ'হু !
'হুগা দয়া লৈরবদি লাক্লো থুনা যাঙনা !
নব-যৌবন'সি, বিধু, কচ্চরগে লোন্না

নঙ্গোন্দা, মন্দাকিনীনা কৎপ গুন্না লোন্না
পুরক্কুনা সমুদ্রদা সনা, হীরা, মণি ! ১৬০
 করি'মুক্ ইনি দাসীনা ? পণ্ডিতনি নংদি,
ঙাক্‌উ ভ্রম ; ঙাকউ দোষ করন্না পাসিবা ;
করি হায়বা, হাই হাই, মান্না তম্‌খিব, কন্নমা,
করি ইবা ? ণাকউ নাথ, নোঙ্গরি খুযাদা ।
ইরম্মী পত্রিকা বন্দা, ইতোমতা ফম্‌তুনা, ১৬৫
কিনা নীক্‌ই—কপ্পি ৱানা—ইকাই-নুংশিননা ।
লৈ-খোক্‌ পায়তুনা, ইবুঙ্গো, ইমিৎকী কাজল্‌না
ইজখি ! ঙাক্‌পিয়ু দোষ, দযাসিন্ধুনি নং !
লাক্লবদি দাসীনাক্তা ঙাক্‌পিরে খঙ্‌জনি
মাগী দোষ, তারানাথ ! করিমুক্‌ হাযসিগে ? ১৭০
শিবা-চণ্ডবা ঐহাক্কীদি নখুত্তনি ঙসি !

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী তারা পত্রিকা
কৌব অনিশুব সর্গ ।

---

# অষ্টমশুব সর্গ

## দ্বারকানাথগী মফম্‌দা রুক্মিণী

[ বিদর্ভরাজ ভীষ্মকরাজকুমারী রুক্মিণী দেবীবু পুরাণগী ইতিবৃত্তদা স্বয়ং লক্ষ্মী অবতারনি হায়না ব্যাখ্যা তৌনৈ। মরম অদুনা মহাক আজন্ম বিষ্ণু-পরায়ণা ওইরম্মী। যৌবন খোংদারক্‌পদা মহাক্কী মবুং যুবরাজ রুক্মনা চেদীশ্বর শিশুপালগা মহাক্কা বিবাহ তৌনবগী হোৎনরকপদা, রুক্মিণী দেবীনা মখাগী পত্রিকাসি দ্বারকাদা বিষ্ণু-অবতার দ্বারকানাথগী চরন্দা থাজখি। রুক্মিণী-হরণ বৃত্তান্ত মতাং অসিদা হায়রুদুনা কান্নদে। ]

তাজৈ নিতি ঋষিশিংদৈ, ঋষিকেশ নংনি ;
যদুপতি, লেঙ্‌থবিরে পৃথিবী অসিদা
পৃথ্বীভার কোক্‌পিনবা পাপী দণ্ডিদুনা ;
চংজনিংঙ খুযাখাদা, খুরুম্‌জৈ চরন্দা
রুক্মিণী,—ভীষ্মক-কন্যা, দাসীনি নহাক্কী ;— ৫
লাম্বিয়ু মাবু, লাম্বির ! বিপদ'সিদগী।
পুক্নিঙ্গী ঘাবু করম্না হঙ্গংনি চরন্দা
অবলা জাৎকী অঙাংনি ঐদি, যদুমণি ?
করি থৌনাদগী ইপুক্ ফাদুনা, থাদগে
ইকাই-ইকি ? উইশিল্লি মিৎ, দেব, ইকাইবনা, ১০
ঙম্‌জদরে থুংশাশিংনা কলম্বু পায়জবা ;
হৃদি থরক্‌থরক্ নীক্‌ই ! থঙদরে কৈদৌনি ;
থঙ্‌দরে কনাদা লীনি অরাব ঘারিসি !
তাবিয়ু নং, দয়াসিন্ধু ! হাই হাই, নং নত্তনা
নৈতে গতি অভাগীগী অতৈ সংসারদা ! ১৫

পুরুষ-রত্ন উবদা অহিঙ্গী মঙ্-লাংদা,
পুক্নিং হকচাং অভাগীনা কচ্চরে মঙোন্দা।
দেব-নরোত্তম্ বরি, লাই-সাক্ষী থমজুনা,
বর ওইনা ; পম্বা য়াদে, ননাইদি নুপীনি,
মাগী মিং, স্বামীনি মহাক্, অদুবু হায়গে, তাও,  ২০
নাম অদু চিন্নডাবা শোল্লি চিন্নডানা
তত্তনা,—জগৎ নাকোংদা অমৃত ধারানি !

কনানো মহাক্না ? করি মহাকুল্দা পোক্পা ?
পুক্নিং চঙ্না তারো, প্রভু, হায়জগে সংক্ষেপ্না,
মালিনীনা, লৈরাং মথাম্ হেক্লগা, লৈপরেং  ২৫
লেংবগুম্না ঋষি বাণী মথাম্না লেংজগে
ঙসি ঈশে ওইনা নাথ, পীয়ু খুবা ছাবা।

পোক্পিরম্বী কৈশুম্শংদা পুরুষ রত্না।—
বন্দী তাথি পিতামাতা নিংথৌ যেরুবদৈ,
দীনবন্ধু ; পোক্খি নাথ মফম্ ফত্তবদা !  ৩০
খনিগর্ভগী মণিগুম্ ; কোংঙ্গে-ংঙ্গী মুক্তা !
নোক্লম্বী পৃথ্বী হরাওনা য়াইফ-অহিংঙ্দা ;
শরৎ চামৈ থা-মান্নবী নিংথিরম্বী বিভা !
মনম্না ঙাওজুনা শ্বাই শ্বাই লাউরম্বী সুংশিংনা ;
নদ-নদী বারা লাউবা সমুদ্র থুয়াদা  ৩৫
য়াইফব-পাউ পীজরম্বী য়াম্-য়াঙনা চেন্দুনা,
ঈশিং নিংথৌনা ঙংলম্বী গম্ভীর শব্দনা।
নাচিথি স্বর্গ-অপ্সরাশিংনা ; নিপা-নুপী
মর্ত্যদা ! সঙ্গীত্ ঈথক্ কারম্বী শিন্থুংনা।

খীক্‌থরম্মী লাইনা লৈরাং, কংখি লায়রবনা ৪০
য়্তন ; জীব'মুক্‌ হয়া জীব য়াওদবনা !
বিশ্ব থুংনা থল্লম্মীদো জয় জয় খোম্না ।
পোক্‌পতুংদা অপোক্‌পনা শূক্রব-অহিংদা
গোপরাজ্জে য়ুমদা থম্মুই পুত্তনা মচাবু
য়াম্‌-চেক্‌শিন্না । মহারত্ন কংবদা তাউবগুম্‌ ৪৫
লাষরবনা আনন্দগী ঈপাক্তো, তাউরম্মী
গোকুলদা গোপ গোপী আনন্দ ঈপাক্তো !
যোক্‌থি অঙাং মচাওইনা গোপগী রাণীনা
অঙাং মতম্‌দা অঙাঙ্গী-খেলা কথা কথা
রাখাল রাজ শান্নখি, কনানা শিংথার্নি ? ৫০
কনা হায়নি, হাৎখি করি লৌনন্না অঙাংনা
পুতনাবু মায়াবিনী ? কালীয় নাগনা
করি খন্দুনা চংজখি থুয়া-থম্বাল্‌-খাদা ?
কনা হায়নি, হৈথবদা ইন্দ্রনা শাউজুনা
নোংমপৈ, কৌশল করিনগী গোবর্দ্ধন ৫৫
থাঙ্গত্তুনা কন্‌খি গোকুল্‌ ; প্রলয়-ঈচাওদৈ ?
অতৈ অতৈ কীর্ত্তি কথা ফাওরিদো জগত্তা ?
কেলি তৌরম্মী যৌবন্দা গোপীশিং লোয়নর্না
রসরাজ ; ঙাওহল্লম্মী গোপগী মৌশিংবু
বাঁশী খোংহনা, শাহনা জগোই তম্বাল্‌থাদা ! ৬০
শান্নখি, প্রভু, গোষ্ঠদা ; যমুনা মপান্দা !
অসুম্‌ তৌনা মতম্‌ কথা লেম্বিখি হুঙাইনা
গোপধাম্‌দা গুণনিধি ; তুংদা হাৎপিরগা

পিতৃবৈরী বৈরীহাৎপ ! সমুদ্র মপান্দা
লিঙখৎথি সুন্দরীপুরী । হায়নি অতৈ কয়া ? ৬৫
চিন্তাবিয়ু, চিন্তামণি, মাবু খঙলবরা ?
খঙ্বা ঙমদ্রবদি মাবু, পীয়ু আজ্ঞা'হৃদি
পীতাম্বর, ঙস্_। যেঙ্গে বর্ণন তৌজবা
নুংশিব রূপ্তে দাসীনা । হৃদিসিদা যেকৃত্রে
লেঙ্দব মূরুতি অদো, চিত্রবত্তা যেক্লুম্ ! ৭০
অনৌব-নোঙ্গী কুচুনি ; ৰাহোংমতু কেক্তা ;
ত্রিভঙ্গনি ; গুঞ্জমালা ঙক্শম্ নিংথিবদা ;
চিম্বান্ নুংশিবদা বংশী ; খ্বাংজেৎ নাপু মচু ;
ধ্বজ-বজ্র-অঙ্কুশ-চিহ্ন রাজীব-চরন্দা—
যোগীন্দ্রগী-হৃদি-পদ্ম ! সংসার্-লান্নফম্ ! ৭৫

উজবা খুদিংদা, দেব, আকাশ মকোযদা,
ফজব-নোংবু, চুম্থাংনা চূড়াগুন্না কোক্তা ;
নোংথাং-খ্বাংজেৎ শ্রীঅঙ্গদা ;—পাদ্য অর্ঘ্য কচ্চে,
সাষ্টাঙ্গনা থুরুমহুনা, পূজা ভক্তি কচ্চে !
ভরম্না ঙাওহুনা হায়জে,—'প্রাণনাথ ঐগী ৮০
লেঙবিরক্লে পেলহন্নবৈ মনাইবু শূন্যদা !
পাইরবদি চাতকিনী, মাবু চৈ শাউহুনা !
নাচিবদা ময়ুরী, ফুই মাবু, যদুমণি !
নিংথিব নোংনা খোংবদা, খল্লি মিং উইহুনা,
গোপৈ মচানুপীনি ঐ ; বেণুগী মখোন্না ৮৫
কৌবিরি ঐগী-সখানা যমুনা মপান্দা !
হায়জে ৰাহোংদা,—'ধন্যনি নং চেক্লা মরক্তে,

শিখণ্ডি ! নহাক্কী মতুনা মকোক্ লৈতেংব,
পূজাজৈ মাগী চরণ চন্দ্রচূড়মক্কা !—
অতৈ পরিচয় কয়া পীদগে থুযাদা ? ৯০

তায়ো হৌজিক্ অবাব-বা । হৃদি মন্দিরদা
থমতুনা শ্যামমূর্ত্তি'হু, ইষ্টদেব পূজা
সন্ন্যাসিনীনা তৌবগুম্ নিতি শূক্প বন্দা,
ইরাৎলক্ষ্মী ঐনা, নাথ ! ইরাইবক্ থীবনা
চেদীপতি নরপতি শিশুপাল হৌজিক্, ৯৫
(তায়, মীনা ঙাংনবা) লাক্কদৌরি মফম্'সিদা
বর ওইনা বরিনবৈ লাইবক্থীবী ঐবু !

ইকাইদা ! থন্দুনা যেংউ হে দ্বারকাপতি !
করম্না অধর্ম্ম কর্ম্ম তৌনি রুক্মিণীনা ?
খুসীনা কৎখ্রে দাসীনা, হাইহাই, মী অমদা ১০০
পুক্নিং হকচাং ; মী অতৈদা—ঙাক্পিয়ু, ইবুঙো !
পাইখ্রে প্রাণ, নীংশিংবদা তম্থিব রাসি হেক্ !
করি পাপ্তে অবাবসি তম্থিবা বিধিনা ?
গরুড়ধ্বজ তোংলগা লাক্লো, গদাধর,
পাঞ্চজন্য খোংবিদুনা । রূপ-গুণ ঐগী ১০৫
লৈরম্নবদি,—হায়রম্নী 'লাক্লো, হে মুরারী,
লাক্লো ; নহাক্কী বাহন বিনতা নন্দন্না
হুবগুম্না, চন্দ্রলোক চত্তুনা অমৃত,
হুরো নংনা অভাগীবু লম্'সিদা লাক্কুনা !
'হুবু লৈতে রূপ গুণ ; ইচিন্না করম্না ১১০
হায়্রগদগে অমৃতগা ইশাগা তুলনা !

ঐনা দীন, নংনা দীনবন্ধু, যদুপতি;
পীবিরুদো রুক্মিণীবু পুরুষোত্তমদা,
মহাকী দাসী ওইনবৈ বিধিনা শেংনবু!
রুক্ম কোব পোক্‌মিন্নব,—যাম্না শাখি মাদি; ১১৫
যাম্না চান্নবনি মাগী চেদীশ্বর বলী;
ইকাইবনা হঙ্গচবা ভেম্‌জদে ইমাদা
তম্‌থিব পুক্লিঙ্গী য়াসি। চন্দ্রকলা সখী,
মগুক্‌শক কোন্দুনা, দেব, কপ্পি দিবানিশি,—
তুমিন্না কপ্পি ইবাম্নি অচিক পদা কিনা! ১২০
চংজববনি ভসিদি খুযা থম্বাল্‌'তুদা,—
বিগ্নি মাওংগুম নহাক্কি, কন্দি'বা ঐহাক্‌পু!
কবম্না ভুলাইনি মনঃ; কবম্না থাজনি,
ভাবিণনি হাযববদি, হায়জগে, শ্রীপতি।
চেল্লি ঈচেম্মাইবী অমা বাজবন যারদা, ১২৫
'যমুনা' হায়তুনা মাবু কৌইদো তন্নাম্না,
গুণনিধি! কযা কযা থাবম্মী মপান্দা
তমাল, কদম্ব, নংনা তাবগা নোক্কনি!
খোক্লম্মী চেক্লা-তেম্বুবা, মযুর-ময়ুরী
কুঞ্জবন্দা; খোইমু শঙ্কু ভগিভগো তত্তনা; ১৩০
খোড়িভ কোকিল উশাদা, শাংলি মৈরাং ফপৈ।
'তুবু নিংথিজদে বন্দো মপু য়াওদবনা!
হাযয়ু কুঞ্জবিহারীদা, হে দ্বারকানাথ,
কুঞ্জবন'তুদা বেণু খোংতনা লারুবা!
নত্রগা ঐবু পুরগা, পীরু মথুরাদা ১৩৫

যণ্বী ময়াম্ লৈ যঙ্গোন্দা ; থুৎনা-সেবা তৌই
দাসীনা মথোয় পূম্ববু। হায়য়ু রাখালদা
যঙ্গোন্দুদা লাক্নবগী হায়য়ু ; যদুমণি !
চেক্শিন্না ফজনা নিতি লেঙিঙ্ঙ লৈরাং পরেং
চেক্শিন্না থম্মী খুল্লগা অতাব উবদা ১৪০
বাহোং মতু লৈমাইথক্তা ;—কৈনো কয়া তৌই,
পাগলিনীনি ঐ ! করি কাম্বনি হাযত্তুনা ?
কম্বিরোলাউদো ঐহাক্পু , শীরুংপায়বনি মংদি,
মুরারি ! কংস হাৎখিবা, তাজরে ননাইনা,
কংসজিত ; মধু কৌব দৈত্যশিঙ্গী রথী, ১৫৫
হাৎপিখি, মধুসূদন, ইস্নায় লাইনা মাবু !
কনানা শীগনি নঙ্গী গুণ, গুণনিধি ?
কালগুন্না শিশুপাল লাকদোরে থুনা,
লাক্লো, মহাক্ লাক্তি-ঙৈদা। লম্লিদা লাক্লুনা
হুরো ঐবু। পীরু, মাগী থুয়াদা হুরগা, ১৫০
মনঃ অসি হুবিখিব অহিঙ্গী মঙ্-লাঙ্দা।

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী রুক্মিণী পত্রিকা
কৌব অহুমশুব সর্গ।

---

# মরিশুব সর্গ

## দশরথগী মফমদা কৈকেয়ী

[ মতম অমদা রাজর্ষি দশরথনা কৈকেয়ী দেবীগী মফম্দা রাশক্ অসি শক্লম্মী, —মতাক্লা মহাক্কী ( কৈকেয়ীগী ) গর্ভদগী পোকপ মচা ভরতবু যুবরাজপদবীদা আহৎযক তৌগনি। মতম খোঙচৎনা রাজানা মশাগী রাশক্ কাউদ্রুনা কৌশল্যা নন্দন রামচন্দ্রদা পদবী অদু পীনবগী ইচ্ছা থোংদোরকপদা, কৈকেয়ী দেবীনা মন্থরা কৌবী দাসীগী মচিন্দগী প্যাউ অসি ফংবদা, মথাগী পত্রিকাসি নিংথৌসনা মাঙদা থাখিবম্মী। ]

করি রানো তারে ঙসি মন্থরা মচিন্দে
রঘুরাজ ? 'হুবু দাসী অাৎ-তোম্ব মচানি,
সত্য-মিথ্যা-জ্ঞান মাগী কদৌঙৈ লৈরবোই !
হায়বিযু—করিগী ঙসি পুরবাসী পুম্ব
মুঙাই-ঈপাক্তা লূপ্লিবা ? চাইথাইরি কনানা 5
লৈ-মপৈ রাজপথদা ; কনামনা লেংলি
অপোম্ব লৈরাং, অনৌব মযোন্ মহৈ পরেং
সাজাইনবগী থোঙজিন্দা—মহোৎসব তা তৌগুম্ ?
করিগী পাইরিবা ফীরান্ যুম-চূড়া থুদিংদা ?
করিগীনো লান্মী, শগোল, শামু, রথ, রথী 10
পোক্লিবা লান্ফী শেত্তুনা ? লাম্থুং কৈদো যৈরি ?
করিগীনো পুরনারী মযাম্মা ঙসিদি
হন্না হন্না লাউরি উলু-লু মাইকৈ মরিদা ?
কৈদো নাচিরি নটনা,শক্লি গায়কীনা ?
কৈদো বীণা অমুক্ খোংলি ? হায়মু, দেব, তাগে 15

হায়বিযু ঐঙোন্দা,—করি ব্রত তৌগে লেপ্লী—
ঙসি রঘুকুল-মণি ? হায়যু, মহারাজ,
কনাগী মঙ্গল্‌গীদমক্ কৌশল্যা মহিষী
যেঙ্লিবনো ধন-রত্ন ? কৈদো দেবালয়দা
য়ৈরি শেম্বুং, খোংলি মোইবুং, খীংলি শরিক্ হৌনা ? ২০
কৈদো রঘু-পুরোহিত তৌরি স্বস্ত্যয়ন !
মী-ঈচেল্ তত্তনা কৈদো চেল্লি নগর্ তম্না ?
রঘু-কুলগী নৃপীনা অলঙ্কার ময়াম্
করিগী ঙসি শেচ্চারি—করি হৱাওবনো ?
কাঞ্চাদনা হৌরবরা, রঘু-মণি যজ্ঞ ? ২৫
করি মঙ্গল্ উৎসব ঙসি নহাকী কোন্নুংদা ?
শত্রু কনা হাংলে লান্দা, রঘু-কুলরথি ?
পোক্লবরা নচা অমুক্ ? কনাগী বিবাহ
তৌদৌরি ঙসি ? লৈরিব্রা লুহোংদ্রিবী মমোম্
নযুমদা ? খঙ্‌নিংবা য়াম্না হেল্লক্লে পুক্রিংদা ! ৩০
হায়যু, তাসি, হে নৃমণি ! বয়স'সিদামুক্
ফংলব্রা ভাগ্য ফবনা—ভাগ্যবান্নি নংদি
পুন্সি চুপ্পা ! ফংলবরা বয়স'সিদামুক্—
রস-চেম্বী-নূপী-লম্বু, হায়যু, রাজ-ঋষি ?
তোল্লিদা ! দাসীনা করি হায়নি—গুরুজন্নি ! ৩৫
নত্রবদি কৈকেয়ীনা, হায়রম্‌গনি লাউনা
ঙসিদি, 'চুম্‌দব-ঙাঙব রঘু-কুল-পতি !
ইকাই-নাইদে ! ৱাশক্ থুগাই মহাক্ ইরায়লাইনা !
ধর্ম্ম ৱাহৈ চিন্দা, গতি অধর্ম্ম লম্বিদা !

ওইদব রা থোল্লবদি কৈকেয়ী চিন্নগী, ৪০
নং লাক্লগা, নররাজ, মকোক্ ককৃন্ত মাগী।
নভ্রগা, মমায়দা হামুক্ শুন্থ তৌখিল্লগা,
তান্থোক্থো শূক্রব বন্দা ! শোয়দ্রবদি নিন্দা,
হায়য়ু'গ্রদি কশঙ্কসি করম্না খুদগে ?
লোঙ্কী মাও্দা নমায় অত্থ করম্না উৎকগে ? ৪৫
থন্দুনা যেঙ্ঙু পুক্লিংদা, রঘু-কুল-পতি !

হীক্থনা অমুক্ থাংদরে খোঙ্ নীঙ্‌জৌর়্‌ম্বনা !
চাউদরে ফৈগল্ অনিসি লফূগুম্ পুম্বুম্না
নখুং-থম্বান্না পায়বদা নহাক্না হুর্শিংনা,
চেংদরে অমুক্ ইখ্বাংসে নোংশা নিন্দা তৌব। ৫০
অতোঙ্ব থোম্লাং অনিহু হৌজিক্ মঙ্গ ল্যাক্লে !
অমৃত চেন্দরে চিম্বান্। লূট তৌবিখম্রে
মবুক্ চুম্দব কামনা, যৌবন পুকৈদা
লৌজরম্ব রত্নমথৈ ; হুথরে ঊমংদা
লৈরাং-মঙান্ কালেম্বানা, লৈ-রস চুপ্পুনা ! ৫৫

'হুবু মমাঙ্গীরা হৌজিক্ নিংশিঙ্ঙু, নৃমণি !—
নব যৌবন্দা চরণ সেবা তৌরম্বদা,
করি সত্য তৌবিখিবা ধর্ম্ম সাক্ষী ওইনা,
ঐঙোন্দা ? কাম্না ঙাওহুনা নংনা বৃথা আশা
পীহুনা লৌনম্লবদি ঐবু, হায়য়ু মহু ;— ৬০
থাঙ্গে'হুদি অরাবসি তুমিন্না ঐহাক্না !
কামীগী কুরীতি অসি তাজরে জগত্তা,
অবলাগী মনঃ হুইদো মহাক্না তত্তনা

লৌনম্না কিব মৈতম্না ধর্ম্ম থাদোক্তু্বা ;—
লৌনম্বগী উৎ তৌশিল্লি মধুর রসম্বা
চৎপ্রা ফত্ত-লম্বি'ন্নিদা সূর্য্য-বংশপতি ?
নহাক্সু কলঙ্ক রেখা ইজৌ নরাইবক্তা,
( থাগী মতৌগুম্না ) হৌজিক্, দেব দিনমণি !
ধর্ম্মলৈ হাযত্নুনা, দেব, থাগৎনৈ নহাক্পু
মী-লাইনা,—ইন্দ্রিয়ভম্ব, নিত্য সত্য পাম্ব ! ৭০
'ছন্দি, হাযবিয়ু ঐঙোন্দা, করিগী তাম্নিবা,
যুবরাজ অভিষেক তৌগদৌরি ঙসি
কোশল্যা-নন্দন রাম্বু ? কদাযদনো মচা
ভরত,—ভারত রত্ন, রঘু চূড়ামণি ?
নিংশিংলিবরা হৌজিক্তা মমাঙ্গী রাশিংদ্বু ? ৭৫
করি দোষ কৈকেযীনা লঙ্জরে থুম্নাদা ?
করি দোষদগী ইচা, হান্নবিয়ু দোষীনো ?

নঙ্গী রাণী অহুম্ রাজা। অহুম্গী মরক্তা,
করি শোযবা লৈশ্রবগে কৈকেয়ী সেবাদা
করম্ কান্দা ? নরমণি, মরিনি মচানা ! ৮০
শুণ চেম্ব মংকোক্ রাম্নি, হায়যু, করি শুংমো ?
করি যাত্নুনা শুঙ্গৎলে নংবু, হায়যু তাসি
মহারাণী কৌশল্যানা ? শুণ যোহৈব করি
রামচন্দ্রদা উত্নুনা, ধর্ম্ম মাঙ্হল্লিবা
নংনা নীঙ্বা থুংহম্বদা মাগী, রঘুমণি ? ৮৫

করি কান্নদগে'হ্নুনা বাশাং শুরুত্নুনা ?
অনিঙব অত্নু তৌ, দেব ; কনাই মতিক্ লৈবা

নংবু থিংবা, নং নিংথৌনি ? ঈচেল্ মমায় লৈবা
কনা ঙম্মি ? লাংনা ফানৈ কনানা নোংশাবু !
চৎঙনি ঙসি থাত্নুনা নঙ্গী পাপ পুন্নী ৯০
ভিখারিণী ওইনা দাসী ! দেশ বিদেশদা
কোয়রুনি ; হ.ম্নরুনি চৎলু চংলুবা মফম্‌দা
'অধর্ম্ম যাম্না চৎপনি রঘু-কুল-পতি !'
কাদম্বিনীনা ঙংবগুম্ থাক্না অতিয়াদা,
অন্নাব ন্নাসি ঐহাক্কী, হাযনি মীপূম্ থুংনা। ৯৫
লাযরব, য়ুম্পাম্ব, নিংথৌ, ঋষি, লম্বীচৎপ,—
থেংন-থেংনব মফম্‌দা, হায়রুনি মঙোন্দা—
'অধর্ম্ম য়াম্না চৎপনি রঘু-কুল-পতি !'
চোঙা-তেম্নরা যোক্লগা, তম্বিনি চেক্‌শিন্না
অন্নাব ন্নাসি ঐহাক্কী, দিবানিশি চুপ্না। ১০০
থাদোক্কনি অনিত্নবু ন্নাহৈসি ফারগা
উমংদা। থোংনি মখোয়না উশাদা তোংলগা
'অধর্ম্ম য়াম্না চৎপনি রঘু-কুল-পতি।'
উচেক্কে ঈশৈ ফারগা শক্কনি খোম্থাংনা—
'অধর্ম্ম য়াম্না চৎপনি রঘু-কুল-পতি।' ১০৫
ইগনি পামেল্ খুদিংদা, শূক্লব উমংদা,
'অধর্ম্ম য়াম্না চৎপনি, রঘু-কুল-পতি।'
শক্কনি ঐনা ন্নাহৈসি অন্নাংব চীঙ্‌মায়দা।
ঈশৈ লেংলগা তম্বিনি থুন্‌গী অঙাংশিংদা।
থুবাক্, থুত্নুনা মখোয়না শক্কি নাচিহ্নুনা— ১১০
'অধর্ম্ম য়াম্না চৎপনি রঘু-কুল-পতি !'

ধর্ম্ম লৈরবদি, নংনা ফঙনি শোয়দনা
কর্ম্মসিগী মহৈ আশা পীরগা ঐঙোক্না,
নিরাশ তৌরবা ওসি ; য়েঙ্দো ইমিৎনা,
নহাক্কী আশা-পাম্বীদা করি মহৈ য়াম্বা ?— ১১৫

মীতুগী মান হেল্‌হল্লে, লৈমিন্নো মহাক্না
য়ুম্‌দা নহাক্। ওই-থংবদা কৌশল্যা মহিষী,
( বয়স অমুক্ ওইরফাও, ইকাই নাইদে নংদি !)
নচা রাম যুবরাজ ; জনক-নন্দিনী
সীতা প্রিয়তমা নমৌ,—পূম্নমক্ অসিগা ১২০
পাম্বিহৌরো, নরমণি, চৎলগে ঐহাক্কি !

মপা-মমা-লৈত-মচা য়োকদ্রা মপানা—
মমাপোক্‌পগী ময়ুম্‌দা লৈজনি ইচাদি !
নচেং চাবদা থিঙনি মাবু রাশক্তুনা ;
'তুগা চঙ্‌বদা নহাকী পাপ পুর'সিদা। ১২৫

থবাক্ শেগায়রগা থরাইরানা ইথি ঊনা
পত্রিকাসি। চেন্দ্রবদি পাপ ননাই ঐনা,
ওইরবদি পতিব্রতা পতি-খুয়া চঙবী,
ধর্ম্ম বিচার তৌবিয়ু ধর্ম্ম-রীতি মত্তা ! ১২৯

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী কৈকেয়ী পত্রিকা
কৌব মরিশুব সর্গ।

---

# মঙাগুব সর্গ

## লক্ষ্মণগী মফমদ্য শূর্পনখা

[ শ্রীরামচন্দ্রনা পঞ্চবটী বন্দা লৈরিঙৈদা, লঙ্কেশ্বর রাবণগী মচন্ শূর্পনখানা রামানুজ লক্ষ্মণগী মোহন-রূপ্য শুম্ফৎপনা মঙোন্দা (লক্ষ্মণদা) মথাগী পাত্রিকাসি ইথিরম্মী। কবিগুরু বাল্মীকিনা রাজেন্দ্র রাবণগী পরিবারশিংবু নম্না তুকচব বসদা বর্ণন তৌবিরম্মী ; অদুবু মতাং অসিদা রস অদুগী লেশ অমতা য়াওদে। মবম অদুনা পাঠক কাণ্ডবুনা বাল্মীকিনা হায়রিব ভয়ঙ্করী শূর্পণখাবু নিংশিং-লম্বিদগী তাম্মোক্-পি ঈদি।]

কনানো,—অচিক্‌প-বন্দা কোযরিবা নতোম্‌তা,
নশাদা বিভূৎ তৈদুনা ? করি মুঙাইদুনা,
অগ্নিদেব, লোৎলিবনো ভস্মগী মরক্তা ?
পূর্ণচন্দ্রগুম্না ঙসি থৈনিগী মরমদা ?
কাসদো ইবুক্ জটাতাব উবদা নকোক্তা, ৫
শঙ্কর ! থাদুনা সনা খুদা হৈনিংদনা
লৈ ঐহাক্তা, খল্লবদা নিতিগী-অহিংদা
শিরি অঙ্গ নঙ্গী লৈবা তাদুনা লৈমাযদা।
লাক্লিম্বদা রাজভোগ অহাওব দাসীনা,
কপ্পি ইমায় লৈথোক্তুনা ; হেক্তা নিংশিংবদা ১০
উহৈ-রাহৈ নিতি-নিতি নহাক্তা চাবদো !
চঙিঙ থোঙ্থাং মুঙাইতনা সনাগী সঙ্গাযদা,
করিনা—লৈদো নহাক্তা লীগী কুঞ্জমুংদা !
হে ফজব, তাসি, থুনা হায়রো ঐঙোন্দা,—
করি মুঙাইতবদগী নমায় লৈথোক্লিবা— ১৫
নব-যৌবনসিদা নংনা তাইবং মুঙাইবদৈ ?

রাজবেশ থাদোক্তুনা করি অভিমান্না
লম্বোইরিবা ? সনাগী চীং মৈনাকমুক কম্ব,
কনা কিত্থনা কোযরিবা বন-সিন্ধু'সিদা
নথস্তা, তেজঃ লোত্তুনা, নযাং কংনা রানা ? ২০

নপুক্লিঙ্গী রা, লাক্লগা হাযররো ঐঙোন্দা !—
মাযথিরবদি নহাক্লা বৈরী পাঙ্গন্দৈ,
হাযয়ু থুনা ; পীগে জগৎ ভুম্ব লান্মী, শগোল্,
শামু, রথ. রথী—মপা লৈতবা জগত্তা !
বৈজয়ন্ত-ধ ম্‌দা নিতি শচীকান্তনক্লা ২৫
মাগী থুংলাইদা মিপাইবা, অসিগুম্ব ভীম—
রথী, লান্‌তোগনি নঙ্গীদমক্ ইযাথংদৈ !
চন্দ্রলোক্তা, সূর্য্যলোক্তা,—ত্রিলোক্তা যেসাদা
লোৎলবস্থ নঙ্গী বৈরী, পুন্দুনা ঐহাক্লা
মাবু পীনি নথুযাদা, বীর ! চামুণ্ডামক্, ৩০
( নঙ্গী ইচ্ছা লৈরবদি ) দাসীগী সাধন্না,
( কুলদেবীনি মহাক্তি,) থগুা পাযরত্নূনা,
হোচ্চিন্নি ঙংত্থনা নাচিনবগী লান্‌ফম্‌দা—
লাই-হিংচাব-মী নীক্লরি !—ধন পান্নবদি,
হায়য়ু থুনা ;—অলকাগী ভাণ্ডার হাংলগে— ৩৫
নহাক্কী মনঃ পেন্নবা ; নত্রগা মায়ানা
চুপ্‌শিল্লগা রত্নাকর; পীগে রত্ন মপৈ !
মণি থোক্‌প থনি মথৈ, পীরগে নঙোন্দা।
প্রেম্‌গী অতৈ থারবদি, গুণমণি, হায়য়ু
যুবতী কনাগী (হাহা, লাইবক্ ফবীনিদা ৪০

নুপাদো নুপা মরক্তে !)—হায়বিয়ু থুনমক্,—
যুবতী কনাগী নব-যৌবনগী মধু—
থক্লিংবগে ? মাগী-রূপ লৌদুনা মিকুপ্তা,
( কামরূপানি ঐ, নাথ ) সেবাজগে নংবু !
পারিজাত লৌরুরগা, সাজাইগনি নিতি ৫৪
নঙ্গী শয্যা ! লৈরি ঐগী হাজার সঙ্গিনী,
জগোই-ঈশৈদা মুঙাইরি । অপ্সরা, কিন্নরী,
বিদ্যাধরী,—ইন্দ্রানীগী দাসীনা তৌগুম্না,
সেবাজরি ঐবু দাসী লিশিংনা অদুম্না ।
সনানা শাব সঙ্গায়দা লৈরিবনি ঐনা— ৫০
মুক্তাঙাক্তনি মযাযদা ; থাম্মিদো সিঁড়িদা
মরকত ; য়ুম্বী হীরা ; পদ্মরাগ মণি ;
য়া-অনিগী য়া মিহুত্তা, রতন থোঙ্জাওদা !
মুংশিব-স্বরগী ঈথক্ কায় মাইকৈ মরিদা
দিবানিশি ; শক্ই স্বর মুংশিনা উচেক্না ; ৫৫
হেন্না মুংশিব স্বরদা শক্ই বীণাবাণী
বামাশিংনা ! লৈরাং লৈকোন্ চাম-চামদগী
লৈরিক্ মুট্তৌদুনা শিংনি তত্তনা মুংশিংনা !
চেল্লি ঈশিং বা-বা লাউনা ; চোং-ফল্লি ইফুৎনা !
'দুবু বৃথানি হায়রিসি । লাকউ, গুণনিধি, ৬০
য়েঙেঙা, দাসীনা মিনতি তৌরি নথুয়াদা !
পুক্লিং-হক্চাং-থবাই ঐনা কথোক্তে নঙোন্দা ।
চাবিরো লাউ রাজভোগ দাসীগী লৈফম্দা ,
নত্রে হায়য়ু , প্রাণেশ্বর ! মায়থোং মকায়াম্না

ফীজেৎ-লৈতেংসি থাগ্নগা, সন্ন্যাসিনী বেশ ৬৫
শেৎলগা, সন্ন্যাসি! পূজা তৌগে নথোঙ্ থম্বাল।
রত্নে ফুরিৎ লৌথোক্লগা লঙ্গে মাবু থাগ্না;
থুম্জিন্গে থবাক্ উকুনা; বেণী লৌথোক্লগা,
লৈতেঙ্গে কোক্তা জটানা, কাউগে রত্নমথাম্,
উমংদগী কংব লৈরাং থেৎলগে শম্জিদা! ৭০
চন্দন্ তৈথোক্লগা, উৎ-তৈরগে হক্চাংদা।
রুদ্রাক্ষমালা থোরিদা শিগে, মুক্তামালা
থদৎলগা! প্রেম-মন্ত্র তাক্পিয়ু নাকোংদা;
প্রেম-গুরুগী খুযাদা গুরুগী দক্ষিণা
কৎকে যৌবন-ধন'সি প্রেম ইথোরাংনা! ৭৫
প্রেম্গী মথাপোন্নী নুপীনবু হেক্ কিবরা
থাদোক্পদা, হে শক্ষব, জাতি, মান, ধন
প্রেম্ ফংবা মিহৌবদগী? ইন্নুনা পত্রিকা
অচিক্পদা, থম্জরম্লে সথা, উথোং'সিদা।
নিতি নংবু উই অসিদা; নিতি কোযদো নংনা ৮০
মফম্সিদা। যেঙঙু মুন্না, আদা নিংথিজরি
উরী যেৎপ-ক্যাম্লে, মাযথুম্ ফীনা কুপ্পগুম্না,
লজ্জাবতীনা। লেপ্তুনা মহাক্কী মরুম্দা
ইকাই-হঙোইনা নঙোন্দা, গতি লৈতবীনা
কয়া যেংজে, মী অথোইব—হাই হাই! যেংবগুম্না ৮৫
সূর্য্যমুখীনা হোংদনা মিৎযেং সূর্য্যরোম্দা।—
করি'মুক্ হাযনি মহুগী? ফমদ্রুনা নহাক্না
লৈরিমথৈ'দ্রদা, নাথ, লৈরম্মী লেপ্তুনা

প্রেম্‌গী মোৎহ্লিংনা পুথী নঙ্গী দাসীসিনা !
নং চংশ্রগ্গা পুষ্পাসন্দা ফম্লম্মী কপ্পুনা ! ৯০
মায়দকো, উফুন্‌ লৌরগা, মফম্‌ অত্নদগী
নহাক্না নখোং থম্লম্ব, তৈরম্মী লাইবক্তা,
তাপসীনা তৈবগুম্না হোম্‌গী উৎ লাইবক্তা !
'হুবু হায়রিসি মারেম্নি। পাবিয়ু, নৃমণি,
পাবিয়ু, পত্রিকা অসি, হায়জরি থুয়াদা। ৯৫
থোরক্লবদি থম্মোইদা দয়া, লেঙ্‌বিয়ুকো
গোদাবরী নোংপোক্‌-পান্দা ঙাইজরম্‌গে'হুদা
উম্‌শিঙ্গ থরোগুম ঙসি সন্ধ্যাগী মতম্‌দা ;
থরো মপু শানা লাকুউ, পেল্‌হল্লো দাসীবু।
হি পুত্না লোযনবীনা লৈরম্নি তোর্বান্দা ; ১০০
লায়না রাংমা লান্থোক্কনি। রাংমদা শূরুব
উমং লৈ মী-পোং লৈতব। লাকুউ, গুণনিধি,
প্রেম্‌গী মঙ মঙ-ফাওনবদো উনি ইবান্নিনা।
আজ্ঞা পীরবদি, পীগে হৌজিক্‌ পরিচয়
সংক্ষেপ্না। ফাওরি, হিংচাব-কোম্নুং সনালঙ্কা, ১০৫
মফম্‌ অত্নগী রাজাদি রাজাশিঙ্গী মপু
রাবণ, মাগী মচন্নি দাসী ; মী-মচিন্দৈ
তাবিরম্‌দ্রবস্থ, কৌই মমিং শূর্পনখা
চহি মতাং কষা মাগী ; মশক্‌ বিধাতানা
পীবিরম্ব, থুনা য়েঙ্‌ঙারাউ, হে নরমণি ! ১১০
লাকৃপিয়ু মলয়া ওইনা ; মনম্‌ লৈত্রবদি
লৈরাং অসি, থুদক্নুদা হম্বিথো অত্নদি।
লাক্‌পিয়ু থাংজেংব ওইনা ; থন্না হাপত্রবদি

যৌবন লৈরাংদা মধু, চৎপিখো পাইহনা
চৈরম্মগা ঙ-ং-ঙ-ং ঙংনা। করি'মুক্ হায়সিগে? ১১৫
নামিবা-খাংজেংবা, দেব, লাক্লগা খুসীনা
তোংলৈদনা মালতীদা! লাউদো, সখা, নহাক্;—
শূর্পণখানা খুয়াদা তৌজে নিবেদন্নি।
হায়জরি তাও অমুক্ হন্না। অসিকাও ইরগা
চিঠি, সখী মচিন্দগী তারম্মী হরাওনা ১২০
রাজরথী দশরথ অযোধ্যাগী মপু,—
মচানি নং, কাম-গর্ব্বে মচিন্ যৈথোকপ-ও,
মহাক্কী; নযাম্বুংতুগা লাক্মিন্নরে বন্দা
পিতৃ-সত্য ঙাক্লবগী। ঙক্খরেদা! শিগে,—
অমঙ্গল নঙী পুরগা, শিগে, রঘুমণি, ১২৫
দয়াসিন্ধুনি নহাক্তি! নত্রব্দি কদোইঙ
রাজ্য-ভোগ থাগদরা ভ্রাতৃ প্রেমদগী?
দয়াসিন্ধুনি নহাক্তি! চাম্বিয়ু ঐহাক্পু,
প্রেম ভিক্ষা নিরি ঐনা নহাক্কী চরন্দা!
চৎলসি থুনা ইবাম্নি সনালঙ্কা তান্না ১৩০
নহাক্পু যোগ্য-পাত্রনি খন্দুনা, তন্নাম্না,
কংপিগনি শুভ খেন্দা রাক্ষসপতিনা
দাসীবু থুয়া খম্বান্দা। লৈহনা, নুমনি;
অযোধ্যা-মাম্নব রাজ্য চামা অউনপোৎকী,
ওইনি রাজা; দাসী ওইনা থৌগন্নি দাসীনা। ১৩৫
লাক্লো থুনা, প্রানেশ্বর; অতৈ-রা কয়াদি
চীক্না কম্মিন্নব কান্দা হন্দৎকে থুন্নাদা।

রারোম্ন পি-তৈরে পত্র ; চেষ্টে মুঙাইবঁদে
পির্গীধারা ! ইরম্বয়া বিধিনা লাইবক্তা
মুক্-মুঙাইবা, প্রাণসখা ? থুনমক্ লাক্লগা ১৪০
প্রশ্নগী উত্তর, নাথ, পীবিয়ু দাসীদা।

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী শূর্পণখা পত্রিকা
কৌব মঙাশুব সর্গ।

---

# তরুকশুব সর্গ

## অর্জ্জুনগী মফমদা দ্রৌপদী

[ধর্ম্মবাজ যুধিষ্ঠিরনা পাশক্রীড়াদা ( চৌবর শান্নবদা ) মায়থীরদুনা বাজা মাঙ্‌বদগী বনবাস তৌবিঙৈদা, বীববব অর্জ্জুন্না য়েক্রব-লম্বন্ খুম্নবগীদমক্ অস্ত্রশিক্ষাগী সুরপুরদা চৎখিরম্মী। পার্থ কায়নবদা ব্রারদুনা, দৌপদী দেবীনা মঙোন্দা মথাগী পত্রিকা অসি ঋষিপুত্র অমগী মখুত্তা থাখিরম্মী।]

করিগুম্বদা নিংশিংব্রা, সুরপুর-বাসি !
পাপ সংসার'সি অমুক্‌ ? কৈদো নিংশিংদগে ?
করি ব্রাংসি নঙ্গী, কান্ত, বৈজয়ন্ত ধামদা ?
দেব ভোগ চারি নংদি, দেব সভা'রক্তা
ফম্বিরি দেবেন্দ্রাসন্দা ! সেবাজৈদো নংবু ৫
সুরবালানা তত্তনা,—ঘৃতাচী, মথবাক্‌—
তোঙ্‌বী ; ফৈগনফবী রম্ভা ; তত্তনা ঙাঙ্গবী
স্বয়ম্প্রভা ; মিশ্রকেশী—মৌনহা শক্ষবী !

উর্ব্বশী—স্বর্গে কলঙ্ক-পক্তবী থাই-কল্পা !
নিংজোন্ নিংথিজবী সহা'তুগা চিত্রলেখা ১০
মিৎ-ফজবি মথ্বাংচেংবী তিলোত্তমা বামা ;
সুলোচনা সুলোচনা ; কনানা মুগুাইনা
শক্ই, কানানা শাই-জগোই,—খোঙিঙ দিব্যবীণা
দিব্য তাল্দা; পারিজাত থেৎপ বেণী হাইরি
নঙন্দা ! কস্তুরী লৈরাং কেশর পুরক্ই ১৫
কনানা। চিম্বান্ খোইহী লাঙ্গিত্রি কনানা
অচীক্পদা ; কোক্লি নংবু, রসিক নাগর !
ফজব-থম্বৌ-পাম্বোম্না, নিতি রসবতী
সুরবালানা ;—লৈ চামা চামা শাৎপ বন্দা,
মুগুাইব করিগী কংলোই মমুপাম্ব, সখা ? ২০
নন্দন কানন্দা নংনা মুগুাইনা, পুক্কব,
নিতি নিতি কোথরি। তাথি, শেম্বী বন-ময়াম্
বসন্তনা, বনশিংদা গুাম্বোইরী তত্তনা ;
উচেক্শিং তত্তনা শক্ই তোংত্তনা উশাদা ;
কংদে লৈরাং পূম্ব ; মণি-মুক্তা-হীরা সনা ২৫
মরকত্না পন্-নাথংলি পুখ্রি মপাল্ পূম্ব !
লিরি লিরি নামিবনা হুম্মী দিবানিশি
মনম্ হাহা লাউই লমদো। 'তুবু হায়রুত্তনা
করি কান্নে ? নাকোংতনা তাথিব দাসীনা,
নিতি উরি মত্থু নংনা নমিৎনা, নৃমণি ! ৩০
স্বর্গ ভোগ চঙনা ফংবা ! কনাগী ভাগ্যনো
নঙী নত্তনা, ভাগ্য লৈ, সংসার অসিদা ?

থম্মনি নং মী-মরক্তা। থম্ম পুণ্য নঙ্গী!

নিংশিংবদা রা পুন্নমক্ অসি, বীরমণি,
করম্না থন্গনি রাযদা, হাযযু'দু ঐঙোন্দা, ৩৫
নিংশিংবরা লাইবক্থীবী দাসীবু নহাক্না
'দুবু নঙ্গী গুন্না, গুননিধিনি নহাক্তি,
কাউবিদ্রবদি মহাক্পু,—আশীর্ব্বাদ তৌকো,
থুরুম্জরি, ধনঞ্জয়, দ্রুপদ-বালানা—
থুৎ-লোম্নদুনা দাসীনা থুরম্জৈ থুযাদা। ৪০
অরেম্বনি, নাথ, ঐগী মপোক্ নূপীরক্তা!
কৈদৌ ইবিরম্বা, বিধি, তম্থিব লাইরক্তা
মৈচাক্ অসি; করি পাপ্না দাসীবু সুম্দোনা
শাস্তি পীরবা, হায্বিনি ঐঙোন্দা কনানা?
হঙ্গনি কনাদা? সূর্য্য নীংবী সরোজিনী, ৪৫
'দুবু নিতি নামিবনা হাযদো মনাকোংদা
মুংশিবগী অথ্প্প রা! তৌই নূট্ তত্তনা
লৈরিক্। মমুপাম্ব, ঙ-ং ঙ-ং ঙংদুনা তত্তনা,
(ইকাইদা!) চিম্বানগী মবু থরুরি মুঙাইনা!
থম্বাল্-লৈরাং শেম্বীরম্ব তম্থিব বিধিনা ৫০
শেম্বীরম্মী দাসীবসু। নিন্দানি কনাবু,
বৈরী লাক্প? ধর্ম্ম সাক্ষী থমদুনা হায়জরি,
তাবিয়ুদো, প্রাণকান্ত! রবি কাযনবদা,
পদ্মিনীনা বাবদগী মক্না উম্শিন্বগুম্;
তম্থিব প্রাণ-উম্শিল্লে নহাক্ লৈতবদা! ৫৫
থোইমু চামা ঙংলবসু খুসীনা মথোঙদা;

তৌরবস্থ , মনাকোংদা মনাত লিশিংলক্
নামিবনা, শাংপরনে কদোইঙে খুম্বাম্না,
সনজিং উদয়গিরিদ্দা মিহির উদনা
কিরীটি ? তম্থিবু ইমিং'সিদা ময়ে বিশ্ব, ৬০
রায়দকো, ময়ে ইবুঙো, নহাক্ কায়নবদা—
জীব লৈতব, অচীক্‌প মহাবনগুম্না !
করি অম্মুক্ হাযন্নি, দেব, রাজীব চরন্দা ?
পাঞ্চালীনা কুইনা নীঙব, পাঞ্চালীগী পতি
ধনঞ্জয় ! মসি থভিঙ, মস্থম লৌজে মোম্না। ৬৫
তৌনিংব ধর্ম্ম তৌবিয়ু, পাপ লংজহুনা
হুংশিরুবনি নহাক্‌পু ,—ননীংনি, নৃমণি !
স্থক্ হুঙাইবা ফংলিঙেদা রাববু কিগদ্রা ?

যজ্ঞ মৈদগী পোক্লম্মী দাসী যাজ্ঞসেনী,
থভিঙ নহাক্ , মিংচচ্চাউব ! মথোক্ কারক্‌পদা— ৭০
নঙ্গী রূপ গুণ মিংচত্তা থমোই পেৎপদে,
বরিখি নংবু পুক্লিংদা ! সখীশিঙ্গা কয়া
শান্নরম্মী পোয়নহুনা, হায়সিগে করম্মা ?
জানকীগী ফব-রারি তাবদা খ্বাইদগী
শিব-মন্দিরদা চঙ্‌লগা লৈ-খুজোক্ কত্তুনা, ৭৫
ইরাংনম্মী শিবধনু ! হায়রম্মী নিংতোনা—
'ঋষিশানা মঙ্‌দা থুনা উৎপিযু জনক্তা
( থভিঙ কামরূপ-নি নং !) পীনবৈ দাসীবু
অখোইব নিপা অহুদা, মতেক্ অনি থোক্লা,
থুদেক্‌পিব নহাক্‌পু , হে লীরুং, মপাঙ্গম্না। ৮০

'তুদৈ ফঙ্গনি নাথবু, বলী-মণি মানি!'
তাজৈ ৱারি বৈদর্ভীগী, ফাজরম্মী লাংদা
রাজহংস ; পীজরগা মহাক্পু, মথোঙ্দা
শিবিরগা সনা-শরিক্, হায়রম্মী নাকোংদা,—
'যমুনা মপান্দা পুরী লৈ জগত্তা ফাণ্ডব ৮৫
হস্তিনা ;—মতদা নংনা, রাজহংস রাজা,
চৎংগা থুনা পুবতুদা পাইতুনা, উগনি
নরমণি ; হায়রু-মাগী খুয়াদা, দ্রৌপদী,
শিবে নঙ্গা কাযনবদা দ্রুপদ কোন্থংদা।'
থাদোক্লম্মী, ৱাহৈ অসি হায়রগা, মহাক্পু। ৯০
নোং-উরগা অতিযাদা হায়রম্মী নোল্লুক্তা,—
'নংনা বাহন ওইরিব, নোংশঙ্গী মবুংগ্গা.
মমৌনি ঐদি মহাক্কী, পুবিয়ু ঐহাক্পু,
হৈথো ঈশিং মরিগ্তা, নাথগী চরন্দা!
ঈশিং পীতুনা পেল্হল্লি নোংঙ্গোবীবু নংনা, ৯৫
নঙ্গা কাযনবদা, ৱায়দা, নোঙ্গৌবী অতুনা
থৌরাংবগুম্, নোঙ্গীমণি, থৌরাংলে ঐহাক্তী!
ঐগী নোংতুগী খুযাদা পীবিরু ঐহাক্পু।'
করিমুক্ তাগগে, নাথ? হায়নবা মঙ্গমদা
মী থ্বাইনা—'শিথরে চাগী শংদা মমা সাওনা, ১০০
পাণ্ডব রথী মঙামক্ মতম্ চাদ্রিবৈদা'—
কয়া কপ্লম্মী ঐহাক্কা, হায়নিতু কনাদা?
কপ্লম্মী—বিধবা ওইবা মতোংগুম্ যৌবন্দা!
পূজাজরগা রতিবু তৌরম্মী প্রার্থনা,

'অশাওব-মৈনা হরগী, হে সতি, নহাক্কী ১০৫
প্রাণপতি চাক্থিবদা, থাজ্ঞিবদাই নংনা
অরাবা কামুক্, তুনা মতু নিংশিংতুনা,
কল্লু ঐহাক্কী মদম্,—নিরি ভিক্ষা অসি!'

তুংদা স্বয়ম্বরোৎসব। মাইকৈ মরি মন্না
উরম্মী, চজ্ঞিব কান্দা রাজসভা যাযদা। ১১০
হাযজরম্মী পৃথিবীদা কাননবা নিংথাক্লা।
লক্ষ্য মথাদা লেপ্লগা হাযরম্মী, 'কেন্দুনা
তারো নহাক্ বজ্রগুম্না তন্থিব কোক্থক্তা,
হে লক্ষ্য! চাক্তুনা শিগে ঐ-নঙ্গী মৈচাক্লা,
প্রাণপতিনা চা-শন্দা চাক্থিবা মতোংগুম্। ১১৫
হিংতুনা লৈনিদ্রে! করি আশাগী হিজ্ঞিদ্রা?

লাউনরম্মী সভা তুদা,—'ঙম্দরেদো কক্পা
উদব-লক্ষ্যসি ঙসি ক্ষেত্রী রথীশিংনা।'—
থাউত নংদি, গুণমণি, করি খোক্থি তুংদা।
উংমপৈ মরক্তা লোংপ অগ্নিদেবগুম্না ১২০
করি তৌথিবা নহাক্লা, থঙ্দবগে কনা,
রথীমণি? থৌব-তেন্না লেংলম্মি অত্যাদা
ঙাগী-মিৎ বজ্রমুক্ হৌনা। তাউরম্মী খুদক্তা
জুডাইব-ঈপাক্তা প্রাণ; তারম্মী সু-বাণী
(মঙ্দা তৌগুম্) 'অসিনিদো নবুঙো, পাঞ্চালি! ১২৫
লৈ-পরেং ঙক্তা হুক্তুনা, বরিয়ু মহাক্পু!'
তৌরম্মী বরিগে, নাথ, থাম্লম্মি নহাক্লা
লাইবকথীবীগী দোষনা! তু ওইরম্লবদি

করিগী শিরম্নি ননাই শাথিব মৈচাক্না ?
'তুবু বুথানি তেংথাবা ।—ভংজ্রনা শাউবনা, ১৩০
কোয়শিল্লম্মী রাজরথা লথানা নহাক্‌পু ;
সমুদ্রনা ভংবগুম্না মোইবুং শঙ্খ খোংবা
মতম্‌দা স্বয়ম্বরদা ;— করি রা হায়রুনা
থৌনা পীরম্বা ননাইদা, নিংশিংবিরিদনা ?
কাউথববদি নহাক্না, কাউববু ভম্‌গদ্রা ১৩৫
দ্রৌপদীনা ? শিরম্‌দাইদা ফব বাণীশিংদো
শিগনি শোন্দুনা, দেব, মহামন্ত্র ওইনা ।
কৌদুনা ঐবু হায়রম্‌দাই মুংশিব স্বরনা ;—
'আশাগুম্না ঐগী নাক্তা লেংপ্লোদো, ফজবি !
চন্দ্রমুখতু উবদা, দ্বিগুণ্‌গেনি পাঙ্গল্‌, ১৪০
চন্দ্রমুখি ! লৈরিমথৈ ফণীন্দ্র দেহদা
প্রাণ, কনাগী মতিক্‌ লৈ হূবা, কোক্তীমণি ?
পার্থ ঐনি !' রাম্রোবিন্দু, নাথ, চোৎলক্লেদো
তত্তনা শিন্থব-পিনা সিপিসি ! করিনা,—
শিরম্‌দ্রিবনো চরন্দা হাই হাই, কৈদৌ ঐনা ১৪৫
মুমিত্তুদা । করি ইনি, হাই হাই, উস্মু উদ্রে !
মমিৎ তাঙ্‌লে পিনা, বন্ধু, নহাক্কী কিঙ্করী !
অসিফাও ইরগা ভরাং লংশেক্লম্মী থাপ্না
লেখনী । খোয়রাংনতুনা কপ্লম্মী থরাইনা
নিংশিংতুনা মমাঙ্গী রা । ফমতুনা উথোংদা, ১৫০
রাথরেদা, নাথ, পিগী ঈপাক্তা লূপ্লম্মী !
তৈথোক্লম্মী পি কনানা ? তৈথোক্নি কনানা ?

কনা লৈ লাইবক্‌থীবীগী সংসার অসিদা ?
চোংথত্রনা প্রাণ থারগে নিঙলক্লে ঈশিংদা ;
নত্রগা হু চাগে খল্লি ; অত্রবু প্রাণেশ, ১৫৫
দেহ থারবদি অমুক্ হন্না ফংজররোই
খুযা অনিদো উজবা,—থেম্‌জিল্লি থরাইবু ,
হিংজনিঙিঙ, ইজ্জৎ মাঙব, ইকাইবা, কাউত্রনা !
মৈশানা শারবী সনা শোদোক্‌ই, নুংশিব,
থেংনবদা লুপা হিদাক্ ! 'ত্রবু হায়রু , রথি ! ১৬০
হল্লক্লগা উনরনি বস্নিদা কদোঙৈ ?
হায়রু স্বর্গগী বারতা, নং কবি মণিনি,
মধু চেম্ব ঈশৈ 'সিদা থারক্উ লেংলগা ।
পারিজাত, গুনমণি, য়াম্না চিঞ্জনিঙিঙ
শম্‌জিদা ; লাক্‌পদা নংনা পুবিরক্লবদি, ১৬৫
দ্বিগুণ তরাম্না লৈরাং থেচ্চগে শম্‌জিদা !
তাজৈ নীংব-থুংহম্বীনি, দেবেন্দ্রগী পুরী ;—
চাম্বিরবদি দাসীবু , ঙম্লবদি কাউবা
সুরবালাশিংবু , অসি তৌবিয়ু কামনা,
কামপীবীগী কৃপানা, লাইবক্‌থীবীসিবু ১৭০
ক্ষণ অমতং ফংনবা রাজীব-চরন্দা !
ঈংহঞ্জগে নযন'সি, পুক্‌ফব, য়েংত্রনা
নুংশিব রূপ অত্রবু—কায়নব কাউত্রনা ;
নংনা অপ্সরা মবুঙো ; নর-নারী দাসী ;
'ত্রওইরবস্থ তৌম্থ ঘৃণা—হায়জরি থুয়াদা ! ১৭৫
সনা অলঙ্কার শিব মথোয়না, মকোক্তা,

খৌরিদা, খুত্তা ; মখোঙ্দা লুপা শিদবরা ?
করম্ তৌনা লেল্লি মতম্ অকীব বন্দিদা
ঐখোয়না, হায়রগে হৌজিক্, তারো, গুণনিধি।
ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌই নিতি ধর্ম্মরাজ ঋষি, ১৮০
যৌমা পুরোহিৎনা নিতি পেল্হল্লি রাজাবু
শাস্ত্র কথানা ! নয়াস্ব যাইমা মৃগয়াদা
খোযদারি ; ননাও অনিনা, মহাভক্তি তৌনা,
সেবাজৈ যাম্মুং অনিবু ; ভুপ্পমথৈ, দাসী
লোইনা তৌজৈ, মহাবাহু, ইমুং-শবক থানা। ১৮৫
'ত্বু ইশ্কূ-শূকথৈ খাইমক্ নহাক্ নৈ ভবদা !
নবু নিংশিংহুনা লুপ্পি মপিনা রাজাগা
নহাক্কী ভাই অহুমগা। নংবু নিংশিংবদা
কুম্বংনৈ তম্থিব থরাই অসি দিবানিশি !
অশংব মতমদা, নাথ, খাংপোক্ থাদোক্লুনা ১৯০
স্মৃতি-দূতাগা লোয়ননা কোযবদা ইত্তোমতা,
মমাঙ্গী বারি কয়া তায মাগী মচিন্দগী !
পাণ্ডবশিঙ্গী ভরসা, লীরুংপায়ব, নংনি !
মাযথীহন্নি নংনা, সখা, হক্থেংনব লান্দা !
ভীষ্ম, দ্রোণ কর্ণখোয়বু ; তুম্মাম্নি কৌরব্পু। ১৯৫
লেঙ্খৎহন্নি সিংহাসন্দা ধর্ম্মরাজমিবু ;
আশাগীত অসি শক্ই নিতি আশ্রম্সদা !
সঙ্গীত ধ্বনিসি, দেব, তায়দো হৌগৎপদা !
তাযদো মঙ্দা অহি দন, সঙ্গীত ধ্বনিসি !
কনানা নহাক্পু তশী, অস্ত্র স্বর্গতুদা, ২০০

তস্ত্রীশিঙ্গী গুরু নংনি? দেব শঙ্গুত্থু
শাথিব-গাণ্ডীব নংনা টঙ্কার তৌহুনা,
লাক্‌থুখি থাণ্ডব-লান্দা! ঙম্‌খি নতোমতনা
লাথ রাজারু, রথীরাজ, লঙ্কা ককৃপা কান্দা।
নপাঙ্গন্না লৈমাযথক্তা তুহন্‌খি কিরাৎপু 	২০৫
মশক্-লোৎপ! তৌশিন্নবা অসি করিগীনো?
হখিরক্লো, নরমণি! কনা কোয় বিদেশ্তা
নূপী নহাবু ময়ুম্‌দা থম্‌হুনা মথঙ্গা?
'হুবু দেব-নারীশিংনা প্রেম্‌গী লাং থাক্তুনা
ফাহুনা থম্‌খ্রব্দি মনঃ, নিংশিঙ্‌ঙু ভাইশিংবু— 	২১০
নঙ্গা কায়নব-রাবনা রারি হুমিং খুদিং!

করি থোইনা হায়নি অমুক্? দয়া তৌরবদি
যেংবিরো করি দশাদা নঙ্গা কায়নবদা,
করি দশাদা, প্রাণেশ্বর, লৈরি লম্‌দম্‌সিদা।

লাইনা তম্বনা ফংজরে, অচিক্‌প বন্সিদা 	২১৫
ঋষি পত্নী, পুণ্যবতী; তৌরক্‌প পুণ্যনা
অনীং-চৎপ মচা, তেজ লৈব ফব-অঙাং
নোঙঙাম্ব-হুমিং মতৌনি! বেদ তম্‌জবদা
মনঃ লুপ্পি! চাম্বিবদৈ পুখিবনি মানা,
পত্র মমানা হায়বদা, দেবরাজ ভান্না। 	২২০
বিধি চানা পূজা মাগী তৌবিয়ু, পুকফব!
উত্তর ইরব্দি মানা পুবিরক্লি'সিদা।
করি হায়খিবা, মী-থোইব? কান্নদে পাউখুম্না?
পত্র পুবগা লোয়ননা লক্লো উমংসিদা। 	২২৪

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী দ্রৌপদী পত্রিকা
কৌব তরুকশুব সর্গ।

---

# তরেৎশুব সর্গ

## দুর্য্যোধনগী মফমদা ভানুমতী

ভগদত্তপুত্রী ভানুমতী দেবী রাজা দুর্য্যোধনগী পত্নীনি। কুরুমণি দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবশিঙ্গা লোয়নন্না কুরুক্ষেত্র যুদ্ধদা যাত্রা তৌখ্রবদা নুমিৎ থবগী মতুংদা রাজমহিষী ভানুমতীনা মহাক্কী মথন্দা মথাগী পত্রিকা অসি থাখিরম্মী।]

তঙ্-তাদে তত্তনা দাসী, মতম্'তুদৈ নংনা
যাত্রা তৌত্তনা চঙ্খিব কুরুক্ষেত্র লান্দা!
যাদে তুম্বা; লৈতে মহাও; ইবুঙো, চাবদা!
ঙম্দরে যেংবা ইমিৎনা চানবপোৎ মথৈ।
চৎলি অমুক্ মন্দিরদা; নিংথৌ লৈকোন্দা'মুক্; ৫
কাথংলি অমুক্ য়ুমদোন্দা, যেঙ্ডিঙ চাগদগুম্
লান্-পেংনফম্। কৃষ্ণা-উফুন্-মপৈনা আকাশ
অমুব-লৈচিন্না তোঙ্গুম্; লংই তেন্-মযাম্দো,
বিজলী মঙান্ মান্ননা, ইথক্ থক্হল্লি মিৎ।
তাযদো থাপ্পা সিংহনাদ, থাপ্পা শঙ্খ ধ্বনি, ১০
থ_ক্ থ_ক্ নীক্ই হৃদি অসি! হন্না অমুক্ চৎল্লি।
য়ুম্বিগী মরম্দা, দেব, লেপ্তুনা তুমীন্না,
তাযদো সঞ্জযগী চিন্দৈ যুদ্ধগী বারতা,
অন্ধরাজানা ফম্বিব সভা মযায'তুদা।
করি তায, থঙ্দে করিস্থ—ঐদি অঙাওবীনি! ১৫
করিগুম্বদা চাক্পনা প্রাণ, লংশেক্নুনা,
ইকাই-ইকি; কপ্পি ইনেম্ খুয়াদা তুহ্না,
মিৎকী ঈশিংনা চাম্থোক্ই, মথোং অনি অহু!

থোরক্তে ৱাহৈ চিন্দগী, কপ্নি শূণ্যা ৱানা !
ঙম্দে থেম্জিন্বা ঐহাক্পু, কপ্নিদো মহিষী ; ২০
কপ্নি কুরুগী মৌ মথৈ। কপ্নি মথোন্ ৱাংনা,
মমাগী ফীজি পাযডুনা কুরুগী অঙাংশিং,
চোৎলি পি-ঈরানা, হাই হাই, থঙ্দ্রে করিননো ?
দিবানিশি দশা'সিনি নিংথৌ-লৈমা-কোন্দা।

ফত্ত-থেন্দা নঙ্গী মামা,—ঙাক্উ ৱারবীবু। ২৫
ফত্ত-থেন্দা নঙ্গী মামা, ক্ষেত্রী মুখহন্ব,
লাক্পিথিবা হস্তিনাদা ! ফত্ত-থেন্দা তম্থি
পাপ-চৌবর-শান্নবা, পাপীডুই মফম্দা !
মাঙ্হল্লে কুবুদ্ধি'ডুনা, অচৌব বংশসি ;
কাল-কলিংগুন্না চঙলে, 'চৌব বংশসিদা ! ৩০

ধর্ম্মগী কর্ম্ম-ক্ষেত্রদা ধর্ম্মরাজগুম্ব
কনা লৈ, হায়বু, তাজগে ? য়েঙ্ঙু ভীমসেন,
শাথিনা কম্ব শূরনি, থিংবা ঙম্দে লান্দা !
মী-লাইনা ইরাৎপ পার্থ—শোযদ্রব প্রহরী।
গুণ কযাতিম্ব গুণী নকুল অশিংব, ৩৫
লমচৎ-ফব সহদেব থঙদবরা নংনা ?
মেদিনী-গৃহগী রমা দ্রুপদ নন্দিনী !
কনাগীদমক্ পূম্বসি থাদেক্লিবা রাজা ?
গঙ্গাজল থম্ব ঘট, হাই হাই, কাওথোক্লগা,
করিগী লুজরি নশা, কর্ম্মনাশা-জলনা ? ৪০
থৌশাদ্রগা ব্রাহ্মন্বুদি ভক্তিনা চণ্ডালদা ?
ঈশিং কোঙ্গোন্, লৌক্লা-মরিক্ লৈ-তিংথৌমকাগী

নত্তে মুক্তা থাঙ্গশেংব, করি মুক্ হায়সিগে ?
কৈ-লৌনম্না শুম্লে নংবু হায়গনি কনানা ?
হৌজিক্সু তৌবিয়ু ক্ষমা, নিরি ভিক্ষা অসি, ৪৫
ক্ষেত্রী মণি ! চিত্রসেন্না, থন্দুনা যেঙংদো,—
কুরু-মৌশিংবু পুন্দুনা নহাক্না রণদা,
চৎপদা গন্ধর্ব-লমদা, কনানা লাক্তুনা
ঙাক্খি জাতি-মান-প্রাণ-নঙ্গা, কুরুমণি ?
বৈরী-আপদ উবদা মুঙাইব ঈপাক্তা ৫০
তাউই মীনা ; নংনা বৈরী মকোক্ ওইব, রাজা,
পিনা মহাক্কি তাউরম্মী নহাক্কী আপত্তা !
হে কৌরব নাথ ! পৌর পৌরব তেন-য়াম্না
নিংশিংবরা হাৎকে প্রাণ মহাক্কী লান্থমদা.
প্রাণ, প্রান্দৈ হেম্ম ইজ্জৎ ঙাক্লম্ব নহাক্কী ৫৫
গতি লৈতবদা নঙ্গী,—হাহা, নোংশাওম্না
লাং-মথাগদা ফাজিন্নবা রিপুগী থুজিন্না ?
হা দয়া, করিগী, ইমা ! পাপ সংসারদা
মীগী থমোইদা নহাক্না লৈবিরম্লিবনো !
করিগী গর্ব্বা কর্ণগী মন্না লৌই নংনা, ৬০
রাজেন্দ্র ? দেবতাশিংবু মাথিহম্ম লান্দা,
নং পাওনা কুরুসৈন্যবু লাক্থিবা বিরাট্টা
মথন্তনা, ঙমগদরা মাবু রাধেয়না ?
হাহা, অরেম্ব আশানি, নাথ ! লমহুইনবু
ঙম্বরা থক্ মাথিহম্মা শা নিংথৌ সিংহবু ? ৬৫
সূতপুত্র নঙ্গী সখা ? ইকাইদা, নৃমণি,

নংনা চন্দ্রবংশ মণি, ক্ষেত্রীবংশ পতি ?
খণ্ডিঙ ঐহাক্ মহাবীর ভীষ্ম ইবুধোবু ;
মী-লাই-কিনব বীর্য্যদা দ্রোণাচার্য্য গুরু।
চেল্লিহুবু অনিসিগী পাণ্ডব-সিন্ধুদা— ৭০
স্নেহগী তুরেন্, হে নাথ, হাযজরি নঙোন্দা।
ওইদ্রবসু মত্নমক্পু, অত্নবু করম্না,
ৰাযদা, থেম্জিন্দগে, নাথ, তম্খিব থমোইসি ?
অৰাং ষণ্শঙ্গী লান্ফম্দা ঙম্খিদো কিরীটী
মথন্তনা বীরনিবু ! শেম্নম্বরা নংনা ৭৫
লম্মে মশক্ ওইনা, বিধি, জিষ্ণু ফাল্গুনিবু
আশাবন মাঙহন্নবৈ দাসীগী অকান্দা ?
ভূম্নিংহনা উইশিন্নদা, তাও, নাথ, কদোইঙে
তম্খিব ইমিৎ অনিসি ; উইদো সান্না কিনা
কপিকেতু রথ, শগোল্ অঙোব, ইমাঙদা ! ৮০
রথৈন্নংদা যমগুম্ব পার্থ ! ওইগা খুত্তা
গাণ্ডীব, লীরুং অথোইব। মৈগী তেজলৈব
মর্ম্ম ফাওব লাই-খুৎলাইনা লৈতেঙিঙদো য়েত্তা !
নীকই থমোই খল্লুবদা দেবদত্ত-ধ্বনি
তাবদা ! ঙঙিঙ ফীরান্দা প্রলয়-মেঘগুম্ ৮৫
কপিনা। ঘঘর লাউনা চাকানা ওথোকৃই
প্রলয়গী মৈ। করি হাযনি, কিরীটীগী তেজ ?
চন্দ্রচূড়গী লাইবক্কী চন্দ্রকলাগুম্মি !
ঙালহন্দুনা মাইকৈতরা, কুরুসৈন্য পাংনা
চেল্লি য়াঙ্না রথথোইব ! চেল্লি মাইকৈ মরি ৯০

কুরুসৈন্যনা,—অমম্ব মপেনা তৌবগুম্
হুমিংউবদা ! নত্রগা থাপ্তনা উবদা
বজ্র খুজিন্ খুমুখরং চেম্বগুম্ উচেক্না
মুংশাথীনা ; কপ্তুনা মিৎ উইশিল্লি খুদক্তা !
করি হাযনি ভীম্গী রাদি ? মৎকাব শামুগুম্ ৯৫
হাত্তোক্পদা ফত্তববু ঙাওবনি মৎকানা !
জবা ত্তুমামাম্ব মমিৎ—ঙাঙ্বনি তত্তনা।
হাংলো হাংলো লাউই চিন্না। ভীম গদা পায়ব,
মান্নবনি যমরাজ কালদণ্ড পাযব !
তাবম্মী মীগী মচিন্দৈ, দেব কৃপাদগী ১০০
শাথিববু পুখিরম্মী গর্ভদা কুন্তীগী।
'তুবু মপা লাই-ওইরগা, যমরাজ পোক্পা—
বিশ্বপূম্ব পোলোই তৌব। মখোম্ পীথক্পরা
কৈ-অমোম্না শাথিববু ! যোক্পগে কদোইঙৈ
মীগী মখোয়া, হে নাথ, 'সিগুম্ব মী যম্ব ? ১০৫
শাংথরক্লে ইরিবসি ; অতুবু লীজগে,
কয়াত ফত্তব মঙ্বু, প্রাণনাথ, মঙ্খি,
ঙরাং অহিং ;—থম্নবিয়ু, খাইদৈশিংব নংনি ;
খোযরাঙিঙ তত্তনা প্রাণ, ঙম্দদো থঙবম্ব,
মায়া অসি ! ঙরাং অহিং ফমত্তনা ইখন্না— ১১০
নঙ্গী শযন মন্দিরদা—মুঙাইত্রে হৌজিক্তি—
কপ্লম্মী ! খুদক্তা, নাথ, থল্লম্মী মনম্না
মাইকৈ তরা ; পূর্ণিমাগী মঙালনম্ব মঙাল্
লংহল্লম্মী মাইকৈ মরি ; ননাইগী মমাঙ্দা

লেপ্লম্মী দেব বালা'মা—মপা লৈতে মাগী ১১৫
চরণ'নিদা ঙক্কুনা থুরম্মম্মী কিনা।
তৈথোক্লগা মমিৎঈরা, হায়বিরম্মী ঝানা
বিধুমুখীনা,—'করিগী ঝারি অরেম্বদা
অমুক্, কুরুগী মৌ নংনা? কনা ঙম্মী ককৃপা
বিধিগী লৈপুন্নু, হাই হাই, সংসার অসিদা? ১২০
যেংঙ্ঙু দনা লানফম্ অসি! যেংজরম্মী কিনা,
মিৎনা উবা মখৈ থাপ্লা, অকিব লান্‌ফমদু!
চেল্লি ঈগী ঈচেল্'দুদা ঈচেল্ চেথীগুম্না;
তাদুনা লৈ শামুমপৈ, বজ্রনা ককৃথৎপ
চীঙ্‌দোন্‌গুম্; মখোঙ্ থাংদব শংগোল্, রথ মযাম্ ১২৫
অতেকৃপ; অশিব মশা মপৈ মপৈ! হাযনি
করম্না উরম্মী কযা, প্রলয মোংফম্‌দা!
উরম্মী রথীমণি'মা শর-শয্যা থক্তা
'দুগা মহারথী অমা তাদুনা লৈপাক্লা,
লীরি য়াওদব লীরুংনা লেংদুনা থোরিদা। ১৪০
লেপ্তুনা মনাক্তা, শক্র মণ্ডক্ করুবগী
হাইগৎলম্মী থাংশাং। বীর অমবু অদুগা
উরম্মী তুম্বা লৈপাক্তা! উরম্মী ফাদুনা
রথচক্র মেদিনীমা; মথবাক্তা য়াওদে
কবচ; নোংথক্তা তেজ মকৃপ ভানুদেব, ১৩৫
য়াম্না ঝাবাগুম্না! ঈপাক্ উরম্মী থাপ্তুনা;
ঈপাক্ অদুগী মপান্দা রাজরথী'মনা
থরোমালো ওল্লি কৈগন্ অনি তেক্লদুনা!

কপ্নি হৌনা, হৌগৎলম্মী মিকপ্ হেক্ থোক্কুনা।
কৈদৌ কন্ত-মঙ্সি, দেব, ঐগোন্দা উৎপিবা? ১৪০
নহাক্ লাক্লো, প্রাণনাথ, লান্‌তৌবা তোক্কুনা!
রথী মঙানা নিরিব গ্রাম মঙাতনি!
করি হাৎলি নঙী হায়যু? পেলহল্লু মঙাবু;
পেলহল্লু মিত্তাংব নপা-নমাবু; পেলহল্লু
ননাইবু; কৌরবমণি; কুরুবংশ কল্লু। ১৪৫

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী ভানুমতী পত্রিকা
কৌব তরেৎশুব সর্গ।

---

# নিপানশুব সর্গ

## জয়দ্রথগী মফম্দা দুঃশলা

[ অন্ধরাজ ধৃতরাষ্ট্রগী কন্যা দুঃশলা দেবী সিন্ধুদেশগী রাজা জয়দ্রথগী মহিষীনি। অভিমন্যু হাৎপ্রবদা পার্থনা রাশকথি, মহু তাবদা দুঃশলা দেবীনা হায়া ফিবতুনা মথাগী পত্রিকা অসি জয়দ্রথগী মফমদা থাখি।]

করি ইরম্বা বিধিনা তম্থিব লাইবক্তা,
হায়নি কনানা ঐগোন্দা,—জ্ঞান মাঙ্লে ঐদি!
তারো, নাথ, মনঃ চঙনা;—মধ্যান্দা ফম্লম্মী
অন্ধ পিতাগী চরন্দা, সঞ্জয়না তম্বা
লান্‌গী বার্ত্তা তানবগী। হায়রম্মী অশিংব ৫
(তাহৌদ্রে মমাঙ্গী হাদি; নৈরম্মী মমুংদা

থেম্‌জিন্দুনা জননীবু ); হায়রম্মী অশিংব
সঞ্জয়না,—মহারথী তরেৎনা কোম্বরে'মুক্
সুভদ্রানন্দয়ু, দেব ! অঙকৃপনি, যেঙঙু,—
মৈ-ঙাক্ ঙাইরে মাইকৈ তরা অমুক্ তেন্‌গী মৈনা ১০
প্রাণ য়াওনা শোক্কৈ বীর ; ঙাকৃই খুৎলাই ময়াম্
বীরসিংহনা তরাইনা ! ধন্য অভিমন্যু
বীর মরক্তা ! হাযরগা অসি তুমিন্ লৈখি
সঞ্জয। রাজসভাদা পূন্নমক্ তুমিন্না
সঞ্জযগী মমাযরোম্‌দা লৈরম্মী যেংজুনা। ১৫
'য়েঙঙু, কুরুবংশ নাথ'—অমুক্ হৌগংলম্মী
সঞ্জযনা,—লানকম্‌দগী হন্না'মুক্ কাযজুনা
চেন্‌খ্রে রথী তরেৎ। তৌরি হুঙ্কার শাথিনা
আর্জ্জুনিনা, মৈজাওগুন্না শূক্লব উমংদা !
তুরে রথী, মশীং নাইদে, খোঙ্‌মী-পাম্মী-শঙ্গু ; ২০
নৈহৎপদগী শাথিনা শিরে শামু ঙংনা ;
থেক্লি শগোল্ কিনা থংনা ! হা হা, যেঙঙু মুন্না,
কপ্লি নঙ্গী নচা দ্রোণগুরু খুযা খাদা
লুপ্‌খরে কৌরব ঙসি আর্জ্জুনিগী লান্দা।'

কপ্লম্মী বানা ইপানা ; কপ্পা কপ্পা মপি ২৫
তৈথোক্লম্মী, সঞ্জয়না অমুক্ লৌথরম্মী :—
'চেল্লে অমুক্ লানৃফম্‌দগী মহারথী তরেৎ,
কুরুরাজ ! মেল্লি নাকোং খুবাক্লা তাবদা
লীরুঙ্গী টঙ্কার, প্রভু ! লাউহ্লনা শাথিনা
থেংনৈ লান্। রথী কনানা ককৃই লৌরি য়াওনা ৩০

লীরুং ; রথ চূড়া কনা, চাকা কনা 'মনা !
কক্তু না লংথৈ কবচ অকিব থুৎলাইনা
গুরুদ্রোণা ; শিথ্রে শগোল্ , শিথ্রে সারথি ।
হাণ্ডলে মথুৎ হৌজিক্ বীর, অহুবু থেংনরি
মংকাব শামুগুম্ লান্গী ময়াযনা ভাওত্তনা !' ৩৫
তুমিন্ লৈরগা ভঙাক্তং, হায়থরম্মী বানা
অরাপ্প-উবনা ; 'পুন্সি চুপ্পা, আঃ ! রাহুনা
উমথ্রে পুরুবংশ-ইন্দু মতম্ চান্দ্রিবৈডা !
নীতি কাযব লান্দা প্রাণ থাখরে, যেঙ্ঙ্ দো
আর্জ্জুনি ! হুঙ্কার তৌই, জযীরথী তরেৎ, ৪০
লাউ-খোংলি কৌরব কাংবু জযজয় হাযনা ।
মুঙাইত্তনা ধর্ম্মরাজ হনখরে লাক্কংদা

মুঙাইনা-বানা পাবুংনা তারগা পাউ-অসি,
কপ্লম্মী ; কপ্লম্মী-ঐস্থু । কুক্ হেক্ তৌগৎলগা
সঞ্জয জ্ঞানীনা, মথুৎ অনি লোন্নড়না, ৪৫
হঙ্গৎথি কিনা,—'লেঙ্খৎলু , হে কৌরবপতি !
ইরাচেং শাগৈগী লাইবু নমাকীদমক্তা !
যেঙ্ঙ্ চেল্লি ; কপিকেতু তোংত্তনা ফাল্গুনি
প্লাখৎনা তম্থিনা বানা ! লাউরি সিংহনাদ
হনুনা রথ চূড়াদা । তাখরে লৈপাক্তা ৫০
উচেক্শিং ; চেন্খরে শা-চাশিংনা অথাপ্পদা !
ইরং লংই দিব্যবর্ম্ম ; শাম্নরি লুহুপ্পা
বিজলী ; মেদিনী নীক্লি থ্ক্ থ্ক্ ! মমায়মক্ হি
কৌরব কাংবু কিবনা ; পাণ্ডব কাংবুস্থু

মমায় মক্ই কিবদগী গাণ্ডীবী শাউবদা ! ৫৫
তোম্মা তোযনা, বীরবাহু টঙ্কারিদো, ওইনা
লীরুং পাযহুনা ;—ব্রহ্মাণ্ড নীক্ই ! তারো মুন্না,
হায়রি বীরমণি শাউনা শাথিনা ওংহুনা ;—
'কদায হৌজিক্ জয়দ্রথ,—থিংলম্দাই পাঙ্গন্না
বেহ মথোঙ্ ? তাও, হাযরিসি, ক্ষেত্রীরথী মথৈ,— ৬০
নহাক্সু, পৃথিবী, তারো ; সমুদ্র, নহাক্সু,
নংসু , স্বর্গ, তারো ; নংসু পাতাল, পাতান্দা ;
চন্দ্র, সূর্য্য, গ্রহ, তারা, জীব জগৎসিদা
হেক্ লৈরিব, তাও পুন্নমক্ ! হাত্রবদি হযেং
জযদ্রথবু লান্‌ফম্‌দা, শিগনি ইথন্তা ! ৬৫
অগ্নিকুণ্ডদা চঙ্‌হুনা চৎনি যমালয়দা,
পাযররোই অস্ত্রঅমুক্ বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডদা !'

জ্ঞান মাঙহুনা ঐহাক্তি পাবুঙ্গী খুয়াদা
তুরন্মী ! ঐহাক্পু লুনা পুশিলন্মী 'সিদা—
লৈমাকোন্সিদা—মীনাইনা পবুঙ্গী য়াথংদৈ ।— ৭০
হায়বিবু ননাইদা, নাথ ; হায়য়ু সত্য তৌনা ;
করি দোষ লঙজরে'মুক্ জিকুঙ্গী মফম্‌দা
নংনা ? মমাঙ্গী রা নিংশিংবদৈ দণ্ডিনিংব্রা
নহাক্‌পু গাণ্ডিবীনা'মুক্ ? থিংলম্মী কদাযদা
নংনা বেহথোঙ্ করম্ব হাযয়ু'হু ঐঙোন্দা ? ৭৫
হায়য়ু থুনা, নত্রবদি, শিরনি কিবদৈ !
নীক্লে তম্থিব হৃদি'সি থরক্ থরক্ শাউনা !
ইমম্ মঙ্গে ইমিৎ, হাই হাই, মিত্তা চেম্ব শিনা !

থোক্করে রা ভাণ্ডবা, নাথ, থ্রক্থ্রক্ কংলে চিম্বান্ !
হিংডিংড কনা থায়াত্তগী কাল অজাগর ? ৮০
মবুক্লাম্নব সিংহনা সিংহনাদ তৌনা
উমঙ্গী শা-ষণ্ ফাবদা কনা কল্লি মাবু ?
নহাক্পু কন্নি কনানা, পার্থনা শাউরব্দা ?

করম্ব ফত্তব খেন্দা, হা বিধাতা, নংনা
পাপদোষ করিদগী নাথবু পুরক্পা ৮৫
কালগী লান্সিদা ? তাখি ঐনা, ইবুং-অহন্
পোক্খিব নুমিত্তা, থোকখি অমঙ্গল কয়া !
খোংলম্মী লম্হুইনা রানা ; কপ্লম্মী হূইশঙ্গু
য়ান্না হৌনা; অতিয়াদা ভংলম্মী শাথিনা
লাঙ্জা-উমাইবীগী শঙ্গু ! বিহুরনা হায়খি ৯০
পাবুংদা,—অশিংব য়াম্বুং ! থাদোকুউ নচাসে,
কুরুরাজ ! কুরুবংশ মাঙনবগী ভসি
লাক্রুবনি নঙ্গী য়ুম্দা !' তারম্দে পাবুংনা
রা অত্থু ! শুম্লম্মী, হাই হাই, মোহগী লৌনম্না !
য়াল্লেদো মহৈহ্র হৌজিক্ লেপ্পমক্ য়াল্লেদো ! ৯৫
শরশয্যাদা চেপ্থরে পিতামহ ভীষ্ম,—
পুরুবংশ দিনমণি রাহুগী থাযাত্তা
পুন্সি চুপ্পা ! বীর্য্যে ময়োন্ অভিমন্যু লান্দা
থাথ্রে প্রাণ ! কনা হিংনি কালগী লান্সিদা ?

লাক্উ, প্রাণনাথ লাক্উ যুদ্ধ থাদোক্কুনা ! ১০০
লউহু থাপ্পা লানফি, চুঙ্গোই, থাংশাং, তেন্দোং লীরুং,
থাহুন্না রথ, নথোঙ্না লাক্উ ঐগী নাক্তা।

লাক্‌উ, অহিংদা ইবান্নি চৎকনি লোত্তুনা
সিন্ধুনদগী মপান্দা ফজ্জ-পুরী তান্না
নশাগী মমি য়েঙঙু সি অরূব ঈশিংদা— ১০৫
ফজ্জ-শক্লা ফজ্জ-শকপু যেংবগুন্না নোক্লা
মিংশেন্দা। নঙোন্দা করি কান্নে লান্‌তোরগা ?
দোষ করি তোরে পাণ্ডু মঙানা নফম্‌দা
পাম্বরা শরুক্‌ মখোযনা নঙ্গী রাজ্য-ধন্দা ?
কুরুরাজাবু অতুগা মুংশিরব্দি নংনা,— ১১০
ঐ মরম্‌গী প্রাণ-নাথ; যেঙঙু থন্তুনা,
চপ্‌-মান্ননা মুংশিফম্নি নঙ্গী কৌন্তেযশিং।
কুরুরাজ ঐগী ইবুং; পাণ্ডুপতি ইবুং!
অমগীদমক্‌ করিগী থাদোক্লি অমবু,
মরীনি অনিমক্‌ নঙ্গী ? করিমুক্‌ হাযগনি ? ১১৫
করি থেন্নৈ তুরেন্‌ অনি পোক্‌প হিমাদ্রিদা ?
তুগা থিরবদি দোষ গুণ, নরমণি ;—
পাপ পাশখেলাগী ল্যাং থাক্লম্মী কনানা ?
পুশিল্লকপগে কনানা সভাদা (ইকাইদা !)
ঋতুমতী মতৈমবু ? উৎলম্মী মঙোন্দা
ফৈগন্‌ ? লৌরম্মা মুন্দুনা মাগী মফী-মরোন্‌
বিবস্ত্র ওইনবৈ, শাগৈ মৌনিদো, ইকাইজে,
মহাক্‌ ? ইবুঙ্গী সুকীর্ত্তি মথৈ, খঙ্‌দ্রা নংনা ?
ইবদা ইকাইজে, নাথ, চত্তরে লেখনী !
প্রাণসখা, রণভূমি থাদুনা, লাউ থুনা, ১২৫
নিন্দারবদি নহাক্‌পু বীরশিংনা, নোক্লো

নয়নদা ফল্গুগা নংনা ! কনা খণ্ডবনে,
মহারথী রথীশিঙ্গী সিন্ধুদেশপতি ?
থেংনখ্রে লান্ কয়া যাম্না ; হানধ্রে রিপু ময়াম্ ;
'তুবু কৌন্তেয়সি, হাইহাই, পৃথিবী অসিদা— ১৩০
কনা নৈ প্রহরী, হায়মু, মহাক্কা মাম্রক ?
ক্ষেত্রীশিঙ্গী রথীনি নং, 'তুবু মী-মপোক্রি ;
করি ইকাইবা নহাক্কী, নাথ, চেম্মরদি
লান্দা নহাক্কা উবদা, লাই-পোক্ জয়ী পার্থ ?
করি তৌখি দেবরাজ খাণ্ডব থাবদা ? ১৩৫
করি তৌখি চিত্রসেন গন্ধর্ব পতিনা ?
করি তৌখি লক্ষরাজা স্বয়ম্বর কান্দা ?
নিংশিংডু , অরাং মঙ্গংদা, প্রভু ! করি তৌখি
কুরুসৈন্যনেতা মথৈ পার্থগী মৈয়াক্তা ?
কালগী অগ্নি কুণ্ডদা, খুমীনা চক্রদ্রা ? ১৪০
খুমীনা নূপ কদ্রা, নৈখা ফংদব ঈশিংদা ?
কাউবিখ্রবসু ঐহাক্পু , কাউনু মণিভদ্র,
নচাবু , হে সিন্ধুপতি ; কাউনু নরমণি ;
যোক্পগুম্না অপোম্বু অহিঙ্গী লীক্লানা
রসপীড়না ; মপানা চাম্না ; পীক্লিংডেদা ১৪৫
অঙাঙ্গী থরাইনি, হায়রিবসিনি নঙোন্দা !

থঙঙী ঐহাক্ , ননাক্ষোংদা হাযবচু আশানা-
মায়াবিনী ।—'দ্রোণগুরু সেনাপতি হৌজিক্ ;
যেঙঙু কর্ণ লীরুং পায়ব ; অশ্বত্থামা বীর ;
কৃপাচার্য্য ; দুর্য্যোধন —কিব গদাপাণ ! ১৫০

কনাবু কিরিব নংনা, সিন্ধুদেশ পতি ?
কনানো পার্থ ? মাঙহন্ব মতিক্ করি মাগী
নহাক্পু ? তাও, নাথ, মত্ন শুম্নাংপ বাণীনি !
সংসার মরুভূমিগী সুংশাতরং আশা !
থল্লু নমিৎ উইশিন্দুনা,—দাসী তুরি থোঙ্দা, ১৫৫
খুযাখাদা মণিভদ্র কপ্লিযে তুমিন্না !

শক্লোত্তুনা সনথোঙ্দা লৈরম্গে লেপ্তুনা
নোংযাযদা ; লৈরম্গে সখী-নিপুনিকা য়াওনা,
ইতম্লাক্লা মণিভদ্র। লাউ নশক্লোত্তুনা,
কৈস্নু তাক্লনা কনাদা। থীন্দনা চৎকনি, ১৬০
পাপ নগরসিদগী সিন্ধু কোনুং তান্না !
খুনু মতৈ মনাওদোনা পাইখিনি মহুমদা ;
থোক্লসনু অরৈমথৈ কুরু-পাণ্ডুনিদা ! ১৬৩

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী দুঃশলা পত্রিকা
কৌবা নিপানৃশুব সর্গ।

---

# মাপনৃশুব সর্গ

## শান্তনুগী মচম্মদা জাহ্নবী

[ জাহ্নবী দেবী কায়নবদা রাজা শান্তনুনা মথৈ কংনা রাজুমা রাজ্য-নচিংখ থাদোক্তুনা মতম্ কুইনা গঙ্গা মপান্দা সন্ন্যাসাঙুমা মতম্ লেম্লম্মী। নিপানৃশুব বসগী অবতার দেবব্রতনা ( মহাভারত ইতিবৃত্তদা ভীষ্ম পিতামহ হায়না কাওব ) মচ...তম্

ওইবক্পদা জাহ্নবী দেবীনা মখাগী পত্রিকা অসিগা মচা ইন্নুঙোগা রাজ সনা মাঙ্দা থাদিরম্মী।]

অরেম্বদা, মহারাজ, নংনা কোয়রি ঐগী
তোর্কান্দা, তত্তনা নপি শিন্থে অরেম্বদা,
তিল্লি দিবানিশি ঐগী ঈশিং মপৈ'সিদা!
কাউরো মমাঙ্উঙগী ৱাহু মীনা মঙ্ কাউবগুম্,
হৌগংপদা! পুন্সি চুপ্প কায়নবা অসিগী, ৫
হাগরিবাসিনি নঙোন্দা, মসিনি হিদাক্তি!
শিব জটাদা লৈজবী শিব প্রিয়া ঐনি
জাহ্নবী। করিগী'গ্নদি নিপা নুপীদোনা
লোন্নিবা অসুক্ কুইনা নহাক্কী নয়ুগ্দা,
হায়গে, তাও। ঋষি অথোইব বশিষ্ঠনা শাউনা ১০
পৃথ্বীদা পোক্লবৈ শাপ তৌরম্ব মতম্দা
বসুশিংবু, তুজরম্মি মথোয়না ইথোঙ্দা,
তৌজরম্মি স্তুতি শাপ কোক্লবৈ আশাদা।
পীখি বর—'মানবিনী ওইনা পৃথিবীদা
পুংগে নখোয় পুন্নমক্পু ঐনা গর্ভ'সিদা!' ১৫
বরিখি খুসীনা নংবু, নং মী-অথোইবনি,
কৌরব! ইপুক্তা পুখি নঙ্গী ঔরসদা
অঙাং নিপান্,—মখোয় বসু নিপান্নি, মী-মণি!
শাংথিবনি থম্বাল্ নিপান্ মখোক্ অমত্তদা!
কয়ানো নঙ্গী পুণ্যসে, য়েঙ্উ থহ্নুনা! ২০
নিপা ভরেৎ কাথ্রে দেহ থাহ্নুনা স্বর্গদা।
ঙসি থারি নিপান্শুব নচাবু নকম্দা ;

মী-লাই-গুম্ব রত্নসিবু লৌকো লুনা নংনা,
রাজন্‌! জাহ্নবী-মপারি বীর দেবব্রত
লংহন্‌গনি নঙ্গী বংশ, চন্দ্রবংশপতি ;— ২৫
ঙাল্লনি ভারত-মাযদা শিরোমণিগুম্না,
চন্দ্রচূড় চূড়াথক্তা আদি পিতাগুম্না।
য়োক্লক্‌পনি লুনা চান্না নচাবু, নৃমণি,
নঙ্গীদমক্‌। থাজ-মাযথোং যেংহনা, কাউথোক্‌উ
কায়নব-ৱাবসি নংনা! জগৎ পূম্নমক্তা, ৩০
হাযরিবসিনি নঙোন্দা, গুণী অতৈ লৈক্তে,
মাগুম্ব! হিমালযনি চীঙ্‌জাওশিঙ্গী মপু;
তুরেন্মপু সিন্ধুনদ; বনশিঙ্গী মপু
খাণ্ডব; রথী অথোইব মপু দেবব্রত
রথী—বশিষ্ঠগী শিষ্য মকোক্‌! অতৈ কয়া ৩৫
শাংথাগনি? বাগদেবী শংশংনা ফম্বিরি
লৈযেংদা; থমোইদা দযা, লাইবক্তা কমলা।
যম্‌গী পাঙ্গল্‌ মপাম্বোম্‌দা! শূক্রব উমংদা
সর্ব্বভুক অগ্নিগুম্ব, লাক্‌ঙম্‌দব লান্দা!
পুণ্যপাম্বী মহৈনি'সি নঙ্গী,—নরপতি! ৪০
হংশি-ঈপাক্কী থম্বান্নি! আশা আকাশগী
পূর্ণিমানি! মতম্‌ কযা লৈরিঙৈ নয়ুম্‌দা,
ফংলম্মী অথোইব প্রেম! তৌবিমন্‌ থৌরিনা
পুন্‌থরে ঐবু নহাক্না; নিংশিংনবা ওইনা
পীজরি ঐনা রত্ন'সি, লৌকো, পুক্‌চেন্‌ তপ্প। ৪৪

পত্নী ওইনা নংনা অমুক্‌ খল্লম্ব ঐহাক্‌পু।

সীমা নাইদে নতিক্ কণ্ডুণ , শাগৈ-ইজ্জৎ-লন্দা
মী থ্বাইগী মপুনি নংদি বিশ্ব পূর্ব্বমিদা।
লৈরি যৌবন নহাক্কী ;—হল্লো নরেণাক্কা ;—
রাজরে নং কাযনবদা হস্তিনা নগরী ! ৫০

হস্থিথরো, নরমণি, পুরক্উ নখুন্দা
সুন্দরী রাজ-কন্যাবু লুহোংজনা, পান্নু
হুণ্ডাইনা শাস্তিবু পাপীশিংবু ভাকউ প্রজা ;
লাক্উ রিপু ;—রাজনীতি অখোইব মসিনি ;
হেলহন্নু তত্তনা লুনা তোৗবা অক্ববু
পুণ্যকর্ম্ম মপুংফানা তৌজনা চেক্শিন্না।

নচাসিবু , যুবরাজ খুবমদা বন্নিবু,
মতুংদা। নঙ্গুন্না নচা ওইনি মহাযশা ;
মিংচংপ ! থাওমৈ অমগা, মঙ্গোৗন্দ চুথিব
অতোপ্প থাওমৈগা, ভাঙ্গগুন্না চপ্-মান্ননা ! ৬০

মথা তাজনা কান্নদে ? কাউরো মমাঙ্গী বা,
ভক্তিরসনা শেংদাক্লো কাম-পক্প মনঃ,
খুরুম্ম দণ্ডবৎ রাজা ! লৈইবী নিংথৌ মমোম্
হরি-গৃহিনী গঙ্গানা মঙ্গল্লি নহাক্পু !
চেল্লিমথৈ ঐগী ঈচেল্সিনা ভবধাম্দা, ৬৫
শন্দোক্কনি নঙ্গী কীর্ত্তি, গুণ, ভবধাম্দা !
শোন্ননি ভারত মীনা,—ধন্য ক্ষেত্রীমচা
শান্তনু, মাগী মচানা দেবব্রত রথী !
হরাও-হরাওনা নচাগা চৎলো লোযনজনা
হস্তিনাদা গজগামি ! নোংথক্কা লৈজনা, ৭০

নকোন্নুংদা, মুঙাইবদা নঙ্গী মুঙাইংগনি,
দিবানিশি থাজ-মাযথোং নচাগী যেংহুনা ! ৭২

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী জাহ্নবী পত্রিকা
কৌব মাপন্‌শুব সর্গ।

---

# তরাশুব সর্গ

## পুরুরবাগী মফম্‌দা উর্ব্বশী

[ চন্দ্রবংশগী রাজা পুরুরবানা মহুম্‌ অমদা কেশী কৌব দৈত্যগী মখুত্তগী উর্ব্বশীবু কন্‌লম্মী। উর্ব্বশীনা রাজাগী রূপ লাবণ্যদা শুম্মত্তুনা মহোন্দা মখাগী পত্রিকা অসি ইবম্মী। পাঠকশিংনা কবি কালিদাসগী বিক্রমোর্ব্বশী কৌব ত্রোটক পাবগা, মসিগী শন্দোকপ বৃত্তান্ত খঙবিগনি।]

তারে ঐ ঙসি স্বর্গদৈ, রাজা ! নঙ্গীদমক্ !—
ঙরাং অহিং শান্নরম্মী দেব-নাট্য শংদা
লক্ষ্মী স্বয়ম্বর কৌব নাটক ; বারুণী
শারম্মী মেনকা ; ঐনা লাইজ-মমোম্ রম্ভা,
হাযখিরম্মী বারুণীনা,—'যেঙঙু মাইকৈ মরি, ৫
বিধুমুখি ! দেবমথৈ তিল্লে সভা সিদা ;
লেঙ্ শিল্লে কেশব আদা ! হায়যুদো ঐঙোন্দা,
কনাদা তাই পুক্নিং ? গুরুশিক্ষা কাউথোক্নুনা
ইপুক্নিঙ্গী বা হায়দুনা উত্তর পীরম্মী—
'পুরুরবা রাজেন্দ্রদা !' নোক্‌খি করেম্মনা ১০

মহেন্দ্রনা ইন্দ্রাণীগা, 'ত্থগা লাই মথেম্থ।
মাইকৈ মরি রাবা লাউনা নোক্লম্মী সভাদা !
শাউদুনা ভরত ঋষি শাপ তৌখি ঐবু !

তারো. নরপতি ! রাহৈ অতু হাযদোক্লম্ব
থাঙ্গেশেংনা ভরাং ঐনা দেব সভা মাঙদা, ১৫
ইকাইদুনা কৈ-কান্ননি—হায়দোক্লগে ঙসি ?
হাযদোক্লগে ঙসি রাত্র নঙ্গী থুযা'নিদা !
তুরেন্না কন্না চেম্বগুম্ সমুদ্র-ঈপাক্তা
লেপ্তনা ; য়েংবগুম্ মুমিৎ লোম্দা ওন্শিন্দুনা
মিৎযেং লেপ্পী মুমিৎলৈনা ; লুপ্লে থুযা'দুদা ২০
পুক্লিংসি ! উর্ব্বশী, প্রভু, দাসীনি নহাক্কী !
ঘৃণাবিরবদি, দেব, হায়যু থুনা, তাগে।
ঐদি লাইগী অপ্সরানি, ঙমজরোই থাদোক্পা
দেহ অসি ; শূক্প বন্দা চঙদুনা তৌরুনি
তপঃ তাপসী ওইদুনা, সংসার মুঙাইবা ২৫
থাদোক্লগা, বীরমণি ! কৃপাবিরবদি,
হায়যু'দুমু ; পাইশিঞ্জগে থুয়াথাদ্র তম্না,
পোন্ তেক্লগা পাইশিম্বগুম্ নিকুঞ্জদা চেক্লা
অমোম্না ! করি তৌননি স্বর্গ নং য়াওদনা ?

শুভখেন্দা, নাথ, ঐবু হুরম্মী কেশীনা ৩০
হেমকূট্টা ! অচিক্পদা হৌজিকসু ফমদুনা
খল্লি রারম্ পূম্নমক্কু ! লৈরম্মী দোলাইদা
তাদুনা, কুরঙ্গীগুম্না খুৎলাইনা-পাল্লব ?
খুদক্তা নীরুম্মী চীংজাও ! তারম্মী হেক্ ঙক্কা

দোলাই-কাঙ্খোং-মখোক্ লাপ্না ঈচেল্ চাম-ওন্না ! ৩৫
তারম্মী গম্ভীর শব্দ—'দুর্মতি কনাগো;
মিংকুপ্তা থারগে নংন্সু যমালয় তাম্না,'—
খোন্থাংগুন্না লূম্ন-হৌনা ঙংলম্মী কেশীনা
মাঙ্‌লম্মী জ্ঞান ঐহাক্কী অকিব খোন্দুদা !
জ্ঞান তারকৃপা মতম্‌দা, উরম্মী ঈমাঙ্‌দা ৪০
চিত্রলেখা সখী নাক্তা চুংশিব মাকখোং'দু—
লাইনা মী ওইনিংলবকো ! উরম্মী, ত্রিগুণ,
ইরংলংনা, গুণমণি, নং হেক্ক থুংলবদা
হেমকূট্‌কী সনামঙাল্—চুংশানা যৈবগুম্ !
উইশিল্লম্মী ইকাইদুনা ইমিৎ, নরমণি ! ৪৫
পাঙ্‌থোক্লম্মী পুক্নিংমিত্তি'দুগ্র হরাওবনা,
সন্ধ্যাদা থরো-মপুবু উবদা তৌবগুম্
থরোনা ! তাউরম্মী হৃদি হরাওব-ঈপাক্তা !
চিত্রলেখারোম্‌দা নংনা হাযরম্মী যেংদুনা,—
'অহিঙ্গুম্বী, ফজবীও, থাগা তিন্নবদা ৫০
মম্‌দবী ; অহিঙ্গী মৈরীগুম্বী মৈথুমদৈপ
যাওদবী ; যেঙঙ্‌দো মুন্না, শাওং-শাদা কবী,
কুচুপাম্বী অসি ইরং লংলে ফরবদা
ব্রান্থবা ! অনৈব চেল্লি, নৈরাই নিঙ্খায়বদা
মিংকুপ্তা হেক্, চেল্লি মতৌ অম্বুম্না জাহ্নবী ৫৫
অমুক্ হরাওনা, য়াইফবী !' হায়রিখিব অদু;
নিংশিংলুবদা হৌজিক্‌সু থাগচ্চে, নৃমণি,
ফাগিজোগাই ! মীওই-মপোক্ য়াইফৈ নঙ্গীগুম্না

তম্থিব থমোইসি নীক্ই অনীক্প উবদা,
মন্দার-মালা শিন্নুনা, মধুর ছন্দদা ৬০
পাথিব শ্লোক্তু নহাক্না, কবি, নিঙ্শিংবরা ?
তাবগুম্না শিগদোব মীনা ভক্তি য়াওনা
জীবন কম্বিব মন্ত্র, তারম্মী উর্ব্বশী,
হে চন্দ্রবংশ-মুকুট, নঙ্গী ৰারী অহু !
সুরবালা-মনঃ নংনা শুঙ্কৎলে ৰাদনা, ৬৫
নররাজ ! করিগীদি শুঙ্কৎলোইদো, হায়য়ু ?—
মহৌশাগী স্বর্গ বৈরী তঙ্-তাদরে পাঙ্গন্দা
নহাক্কী, বিক্রমাদিত্য ! বিধিগী বরনা,
বজ্রীগীদৈ হেল্লি বীর্য্য নহাক্কী লানফম্দা !
মক্লব মদন্না ইকাই, ফজবা উবদা ! ৭০
'তুনা নঙ্গী রূপ-গুন্দা কৈদো লূপ্লোইদগে
সুরবালা ? তাওদো, রাজা ! নঙ্গী রাজবন্দা
স্বয়ম্বরা উরী মুজা বরিগুম্ থুসীনা
হৈনৌবু, হৈনৌবু বরি 'তুগুম্না নন্দন্দা !
স্বয়ম্বরা উর্বীমুজা ! রূপ-গুণ্ মথানি ৭৫
মুজাশিংদি, নরবর, মর্ত্ত্যদা স্বর্গদা—
বিধিনি অসি বিধিগী, হায়রেদো নঙোন্দা !

তপস্যা কন্না তৌহুনা ফংলবদি মীনা
স্বর্গভোগ ; অহান্বদা মহাক্না মিহৌজে
লেঙ্দব যৌবন-সুধা—কচ্চগে থুয়াদা ! ৮০
কচ্চরগে পুক্লিং-হৃক্চাং অনিমক্, নৃমণি,
লৈবিরো লাউ নং অনিবু প্রেম বাজারদা !

উর্ব্বীধাম্‌দা উর্ব্বশীদা লৈফম্‌ পীয়ু হৌজিক্‌
উর্ব্বীশ ! রাজস্ব পীগে দাসীনা চরন্দা
প্রজাগুম্না নিতি লুনা অতে, করি ইনি ? ৮৫
হুগী হিদাক্তি হুনা ওই,—তাজৈ থ্বাই হাযনবা,
শিজরম্বনি নৃমণি, কাম্‌গী হু মৈচাক্না,
পাবিরম্মাল্লে ঋষিনা, 'তুদৈ শাপ-বিষ,
চাম্বিহনা ! জ্ঞানীনি নং, য়েঙভু দো খন্দুনা ;
পীয়ু আজ্ঞা, নরপতি, স্বর্গ থাদোক্তুনা ৯০
তাগে থুযাথম্বানথাদা, নোংমরি তাবগুম্‌
থাদোক্তুনা নোংলৈফম্‌, সিন্ধুদা লৈনবে—
অশংব-ঈশিং মপৈগা তিন্নবা হরাওনা !
ইজবম্মী পত্রিকাসি ফম্‌তুনা নন্দন্‌গী
মন্দাকিনীগী মপান্দা ! পূজারম্মী, প্রভু , ৯৫
থুউ লৈপাক্‌ তানা কল্পতরু অথোইববু,
হাযজহনা ইপুক্নিঙ্গী অপাম্ব বাসনা।
অশাৎপ-লৈরাং, ইবুঙো, তারম্মী ইকেক্তা !
হর-প্রিযানা হাযরম্মী ঈরাও-থোন্না, রাজা
ইনাকোং মথুন্দা—'ওইনি নহাক্‌ ফলবতী !' ১০০
থোনাসিদৈ, লীরুং পাযব, থাজবি নফম্‌দা,
পত্রিকা পুবী নিংথিবী চিত্রলেখা মখী।
মিৎয়েং হোংদনা লৈগনি, লম্বী যেংজহনা
পাউথুম্‌গী, পৃথিবী নাথ !—নিবেদনমিতি ! ১০৪

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী উর্ব্বশী পত্রিকা
কৌব তরাশুব সর্গ।

# তরামাথোইশুব সর্গ

## নীলধ্বজগী মফমদা জনা

[ মাহেশ্বরী পুরীগী যুবরাজ প্রবীরনা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল্ ফাকবদা,—পার্থনা মাবু লাল্লা হাংখলি। রাজা নীলধ্বজ রায়না বিপদ পামদত্রুনা পার্থগা সন্ধি তৌবদা, রাণী জনানা মচাগীদমক্ মথরাই য়াম্না থাত্নুনা মথাদা ইবিব পাত্রিকা অসি নিংখৌ সনা মাঙ্দা থাবম্মী। পাঠকশিংনা মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্ব পাঠ তৌবিরগা মসিগী শন্দোকপ রারি খঙ্বিগনি। ]

হৈয়েরি ঙসি লীমখু° হৌনা নিংথৌ সনথোঙ্দা ;
থেক্লি শগোল্ , খোংলি শামু , পাইবি অতিথাদা
রাজকেতু ; লাউবি তোযনা তোযনা মযাম কানা
লান্মযানা লন্মীশিংনা ,—'তুবু কবিগীনো ?
সাজ্জিবিরা, মহারাজ ! বৈরীগা লাম্বাগে, ৫
প্রবীর কোব নচাগী মৃত্যু লমন্ থুমগে ?
মুৎহনগেবা অরা-মৈচাক্ ফাল্গুনিগী ঈনা ?
অত্রুনি মতিক্ চায নঙ্গী, ক্ষেত্রীমণিনি নং,
মহাবাহু—চৎনু থুনা গজবাজগুম্না,
যমদণ্ডমাম্ব নাতোন্ ফন্দুনা লাউ-খোঙ্ঙনা ! ১০
কিরীটীগী গর্ব্ব ঙসি যৈথেকউঁ লানকম্দা !
লেংশিন্দুনা মকোক্ অত্রু পুবক্উ তাজিন্দা !
অন্যায যদ্ধদা মূর্খনা হাংখ্রে অত্তাংত্রুবু ,
হাংলু , লীকৎপাযব, মাবু ; মৈচাক্ অসি কাউগে,
হম্থিরব মৈচাক্ অসি, নাথ ! থুনা কাউগে ! ১৫
পোক্পা-শিবা ;—বিধাতাগী বিধিনি জগত্তা।

ক্ষেত্রীবংশ রত্ন নচা প্রবীর অশিংব ;
শিগ্রে মায-ওন্দনা লান্দা, কাগ্রে স্বর্গ থাম্‌দা,—
কান্নদে কপ্পু না. প্রভু ! ঙাকৃউ, মহারাজ,
ক্ষেত্রী ধর্ম্ম, ক্ষেত্রী কর্ম্ম তৌদো নপাম্বোগ্না। ২০
হাই হাই, পাগলিনী জনা ! নঙ্গী সভাযাযদা
জগোই শাবি নর্ত্তকীনা, শাক্ল গাযকশিং
ঈহন কাবি বীণাশব্দ ! নঙ্গী সিংহাসন্দা
ফম্লি নচাহাৎপ বৈরী—চান্নব মরূপক্কুম্ ! 
সেবাজবি লুনা নংনা অতিথি বত্নবু।— ২৫
ইকাহদা ! অরাব রাসি, হাযগনি কনাদা ?
জ্ঞান মাঙ্‌লবরা ঙসি মচা লৈতবদা,
মাহেশ্বরী পুবা মপু নীলধ্বজ রথী ?
তম্‌খিব বিধিনা, বাজা ! বাজ্য মঙ্কাল্লিবা
ঙসি, হঙনা নচাপ্লন্, হুগ্রবন্না মানা ৩০
নঙ্গী জ্ঞানস্তু ? নত্তনদি, হাযবিয়ু ঐঙোন্দা,
পাণ্ডবথী পাপী-পার্থ অসি নকোগ্নংদা
কবিগী অতিথি ? হাই হাই, নহাক্না কন্নমা,
মরূপক্কুম্ শোগ্লিবা মথুং প্রবীব ঈ-তৈব ?
মসিন্ননে ক্ষেত্রী ধর্ম্ম, হাযবু, নরমণি ? ৩৫
জীকং কদায, তেম্বোং কদায, কদায চুঙ্গোই থাঙ্‌-তা ?
খিন্‌গাইদনা বৈরী-খবাক্ খ্বাইদৈ-থৌব্-তেন্না
লান্‌ফম্‌দা, তবাম্ তবান্না পেল্‌হল্লিবা নংনা
নাকোং মাগী সভা-যাযদা ? করি হায়নি, হায়যু,
দেশ-দেশদা মীথ্বাইনা খঙ্‌নরক্লবদা, ৪০

বারি অসি,—করি হায়নি ক্ষেত্রী মপুশিংনা ?
নর-নারায়ণনি হায়না, তাজৈ, তৌরি পূজা
পার্থবু ভক্তি কত্তুনা, রাজা ; নঙ্গী ভ্রম্না ?
আঃ ভোজগী মমোম্ কুন্তী—কনা থঙ্দে মাবু
মন্না-য়াম্বী ? মাগী মচা জারজ অর্জুনবু , ৪৫
( ইকাইদা ) করি গুন্দগী পূজা তৌরি নংনা
রাজরথি ! নর-নারায়ণনি খন্দুনরা ?
তম্থিব বিধি ! মাসিরা, নহাক্কী শীলাবু ,
কর্ন্না থঙ্গনি ? ইচা অমতং পীরগা
শৌবিরবা অমুক্ মাবু মতম্ চাত্রিঙৈদা ? ৫০
মান-ইজ্জৎ লৈজরম্বা,—মন্নসু মাঙথ্রবা ?
নর-নারাযণ পার্থ ? নূপীদৈ ওক্কবী—
বেশ্যা—হৃষীকেশ, মাগী গভদৈ পোক্লবা ?
করি শাস্ত্রদা, করম্বা বেদদা য়াওরিবা—
করি পুরান্দা ৱারি'সি ? দ্বৈপায়ন ঋষি ৫৫
পাণ্ডব-গুণ-কীর্ত্তন তৌরিদো তত্তনা।
সত্যবতা মচা ব্যাস থঙনরি জগৎনা !
মমানা ধীবরী, মপা ব্রাহ্মণ ! তৌরম্মি
কামলীলা মনাওনূপী অনিবু কোন্দুনা ;
ধর্ম্মপাম্ব ! করিদগী, তাক্পিরি ননাইদা, ৬০
শৌবিরি মহাক্কী মবা, কুলাচার্য্যনি মা
কু-কুলগী ? অবতার তৌরম্দি পৃথীদা
পার্থ ওইনা পীতাম্বর, কদায় পদ্মালয়া
ইন্দ্রিরা ? দ্রৌপদীরা ? হা হা, সতীনিদনা !

মনেম্গী যোগ্য মমৌনি ! নূপী ঙৈপাক্-যায়গী ৬৫
থম্বাম্নি ! থোইমুগী সখী, নুমিৎ মথা পোম্বী,
মালংব-চাম্নবী ! নোক্তু্ম্ নোক্নিঙিঙ, তোল্লিদা !
( অরাবনি ) খল্লুবদা পাঞ্চালীগী বাসি !
জগন্মাতা ইন্দিরাবু ভ্রষ্টা নূপীসিরা ?
খঙিঙ ঐসু মীনা হায়নৈ রথীশিঙ্গী মপু ৭০
পার্থনি। মিথ্যানি, নাথ ! বিচার মুম্না তৌ,
বিচার কুপ্নি নহাক্কী হায়নরি জগত্না।
লৌনম্খি নিংথৌ লক্কাবু মশক্ খঙ্‌হন্দনা
স্বয়ম্বরদা। লাম্বাখি ছদ্ম-মথৈ কনা;
ব্রাহ্মণ্নি খন্দুনা মাপা, ক্ষেত্রীরথী কনা, ৭৫
লানফম্‌'তুদা ? রাজাশিংবু'তুদৈ ঙম্খি মানা !
থাখি খাণ্ডব তুষ্টনা কৃষ্ণগী মতেংনা।
শিখণ্ডীগা লোয়নতুনা কুরুক্ষেত্র লান্দা,
পুরু-বংশ-মণি অহন ভীষ্ম ইবুধৌবু,
হাৎখিবনি মহাপাপী ! দ্রোণচার্য্য গুরু,— ৮০
নম্থাক্ তৌতুনা মহাকৃপু হাৎখি নরাধম্না,
যেঙঙ্ খন্দুনা ? শাউতুনা উম্খি পৃথিবীনা
রথচক্র'তুগা পংথরব ব্রহ্মশাপ্না,
অরাবনি. কর্ণ মমিং চৎপবু লানফম্দা,
হাৎখি বর্ব্বর অসিনা। হায়যুদো ঐঙোন্দা, ৮৫
মহারথি ! মহারথী নিয়ম্‌, মসিরা ?
লাং-থাক্তুনা শা-নিংথৌবু কৌশল তৌতুনা,
হাৎলি ব্যাধ পাণ্ডবনা। শা-নিংথৌ অতুনা

হাংলি শত্রু নমথুত্থনা মশাই পাঙ্গন্তনা !<br>
খণ্ডদবা করি লৈ নংনা রাজা ? করি হাযনি ৯০<br>
নঙোন্দা ? অত্থদি খণ্ডনা-তানা কৈদৌ কাউরি<br>
নতিক্-নগুণ্, মহারথি ? হাই হাই, করি পাপ্পা,<br>
রাজ-শিরোমনি রাজা নীলধ্বজ ঙসি<br>
মরু লূ.ক,—হে বিধাতা ! পার্থগী মমাঙ্দা !<br>
কদায নঙ্গী বীরদর্প ? মানদর্প কদায , ৯৫<br>
চণ্ডালগী পদধূলি ব্রাহ্মণ লাইবক্তা ?<br>
শজি অমোমগী মপিনা মুখৎপ্রা কদৌদৈ<br>
লৈম্মেবু ? ঙ্গংশিব কহু খোম্বাংনা কোকিলগী<br>
মখোল্ তৌব মালংববু নক্ষংপ্রা কদৌদৈ ?<br>
পাণ্ডবগী সাধিনাবু তৌরা অকম্বনা ? ১০০

অত্থবু চৈবা বৃথানি । গুংজন্নি নংদি ;<br>
ত্থম্থিব পাপ পুগনি চৈববদি নংবু ।<br>
শাগৈমৌনি ঐদি, নাথ, বিধিগী বিধিনা<br>
মীথা পোন্নি ! লৈতে শক্তি থুংনবা পাঙ্গন্না<br>
চান্নব পুন্নিঙ্গী আশা ! তম্থিব ফাল্গুনি ১০৫<br>
( কৌন্নম'সিবু বিধিনা শেন্নম্লে মাঙ্নবা<br>
জগৎ-নুংচাইবা !) ঐহাক্কী ইচা লৈহন্দরে !<br>
নং স্বামীনি, ইবাইবক্তা থৌশাবিদ্রে ঐবু<br>
করি আশাদগী প্রাণ পুদগে পৃথ্বীদা ?<br>
মী-পল্লব পৃথ্বী অসি, হাইরে হাই, ঙসিদি, ১১০<br>
ইচাক্ চীক্লে জনাদদি ! অথীব-লাইবক্তা,<br>
বিধিনা ইখিব অত্থ, থোক্লে মতম্চানা !—

হা প্রবীর ! নাউ-পুরস্ব্া নংবু 'সিগীদমক্
থাবুম্ তরা কৌরৌ তরা যত্ন কযা তৌনা
ইবুক্তা ? করি মপোক্তা, করি পাপ লঙ্খি ১০৫
লাইবক্ থীবীনা নফম্দা, 'তুনা পীরবরা
মৈচাক্ অসি ? 'তুনা আশালতা থদৎলব্রা ?
পারিবুঙো শিংলবরা অসুম্তৌনা নংনা
মাতৃস্নাণ ? লৈরম্বরা অসি নপুক্তিংদা ?
তম্থিব মিৎ, অরেম্বদা করিগী, শিস্থরি ১২০
পিগী ধারা ? তৈথোক্পিনি কনানা, অপঙব ?
করিগী চাক্লি নথরাই ? ইংহন্নি কনানা
অথুম্ব ব্রাহৈনা নংবু ? পাণ্ডবকী তেন্না
কক্হল্লো নকোক্কী মণি ; লৈথুন্দা লোত্তুনা,
ব্রানা কপ্তুনা, শিজোনে, মণিহারা ফণি !— ১২৫
চৎলো, মহাবীর, চৎলো কুরুপুর তান্না
অনৌব মরূপ পার্থগা ! মহাযাত্রা তৌরে
অভাগী জনাদি, নাথ, মপান্নিগীদমক্ !
ক্ষেত্রী নিঙোন্নি ঐহাক্তি ; ক্ষেত্রী শাগৈ মৌনি ;
অপমান'সি করম্না পুদগে থাঙ্তুনা ? ১৩০
তম্থিব প্রাণ থারগে জাহ্নবী গর্ভদা ;
অরোইবদা যমালয় যৌরগা, কাউবরা
যেংলুরগে ! নিজে চির-বিদায় খুযাদা !
হল্লক্পদা রাজকোন্দা চঙতুনা লৈরব্দা,
নরমণি, "জনা কদায়" হাযতুনা কৌবদা, ১৩৫
পাউখুম্ পীজনি খোস্থাংনা "জনা কদায়" হাযনা ! ১৩৬

ইতি শ্রীবীরাঙ্গনা কাব্যগী জনা পত্রিকা
কোব তরামাথোইশুব সর্গ।

---

শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু ; ওঁ তৎসৎ।

ওঁ শান্তিঃ ! শান্তিঃ !! শান্তিঃ !!!

# পরিশিষ্ট

## (ক) অরুব শব্দশিংগী অর্থ

### অতাম্ব সর্গ

মহীনাথ=পৃথিবীগী মপু, নিংথৌ। প্রেমালাপ=প্রেমগী ৱারি ৱাশাই শাবা। পিকপতি=কোকিলশিংগী মপু কোকিল বাজা। মদন=কামদেব। মধু=বসন্ত। কুরঙ্গী=শক্তি অ'ম ম। মমুপাঙ্গ=খাংফেংবা, খোইমু। পুরুব শ মণি=পুরুশাইগী মণি। লতাকুঞ্জ=উবী ৱা পঞ্জ। অভাগী=লাওবকথী। রজ সন্দা=বাজাগী অসন্দা। রাজেন্দ্রমণি=নিংথৌরেনগী মণি। ,বঙ্গ=শক্তিলাবা। নাবশ্বর=বজা। ঋষিবালা=ঋষিগী মচানুপী। গন্ধর্ববির=গন্ধর্ব মাও লুতোবা। সুহাশা=লেগী বমুং। কানন বসবদা =ইং দা পুং। বগুমিত্রা বব কন্যা অনিগা অহিংদা লেননব মধম। অনা শিনা মপু লেণবী, মৱালৈএবী। বিদ্যাধরী=লাইজাৎ অমগী নুং। অলকাপুরী=কুবেরগী কেন্দ্র। নৃমণি=নবমণি, মীশিংগী মণি, মী অ'থাইবা। বিভব=নামুম, ঐশ্বর্য। নব যৌবন=অনৌব মথাক্তবা। প্রাণপতি=থবাইগী মপু। মিনতি=নাম্না হায়জবা। বনচর=বন্দা লৈব মী। ঘা অনি =শামু (যা অনি পাম্ব মতাক্ হাযবদি শামু বহু গহি)।

### অনিশুব সর্গ

অমৃতনিধি=অমতনা লন ওইব মী হাযবদি থা। গুরপত্নী=গুরগী নুপী। বকর্ম=ফত্তব কর্ম। মনঃচোর=পুক্নিং হূব মী। জার নাথ=থবাম্মিচাক্নী মপু হাযবদি থা। অনিশুব 'তারানাথ'=তাবা সতীগী মপুড়ো। কন্দর্প=কামদেব। মীনকেতুনা=ঙা যেকৃপ ফানান থেংপ দোলাই তোব মা হাযবদি কামদেবনা। চন্দ্রমুখ=থাজ মাযথোং। শান্ত=থৎনা চৈনবা, লাউ-খোংবা লৈতব। নিশানাথ=অহিংগী মপু, থা। বন-বস্ত্র=বনগী বস্ত্র হাযবদি

হৈরাং-লৈরাং। কঙ্কণ=খুজি। কিঙ্কিনী=খ্বাংদা কোয়না শিনব লৈতেং। কুণ্ডল=নাইন। বিধু=থা। যৌবন-বন-ঋতুরাজ=যৌবনগী বসন্ত। গৃহকর্ম্ম =ইমুঙ্গী থবক-থনা। পাপীয়সী=পাপিনী। মুরজ=পুংজাৎ অমা। তুম্বকী=খোংনব যন্ত্র জাৎ অমা। ময়ুরীগুম্=ৱাহোং অমোম্গুম। সুরমণি—লাইগী মণি। সুধানিধি—অমৃতনিধি, থা। মানিনী-যুবতী—শাউ-রিবী মৌ। তারাকান্ত—তরানাপ, থা। ইন্দু—থা। রোহিণীকান্ত—রোহিণীগী মবুঙো, থা। অভিমান্—নাপন্। ছায়াগুম্না—মমিগুম্না। কর্ম্মনাশা—থবক তোৎবদা বিঘ্নি পীব। কলঙ্কী শশাঙ্ক—বদনাম পক্ৎপ থা। কিঙ্করী—মিনাইনূপী। চকোরী—থাবন্দা হিংজবী-উচেক্ জাৎ অমা। অভাগা—লাইবক্ থীবী। বিরহিনী—মরাগা কাযনরবী। কুমুদী—থরো। একাসন্দা—ফম্ফম্ অমতদা, ফম্থিবদগী লেংদনা। মন্দাকিনী—স্বর্গগী গঙ্গা।

## অষ্টমস্তুব সর্গ

ঋষিকেশ—শ্রীকৃষ্ণ। যদুপতি—যদুশিঙ্গী মপু, শ্রীকৃষ্ণ। পুরুষ-রত্ন—নিপা অথোইব। দেব-নরোত্তম—লাইগুম্ব মী অথোইব। চিন্মুণ্ডা—চিন্মঙা পাম্ব মী হায়বদি মহাদেব। মহাকুলদা—অচৌব শাগেদা। পুরুষ-উত্তমা—পুরুষ রত্ননা। বিভা—অহিং। রাখাল রাজনা—যণশেম্বশিংঙ্গী রাজানা, শ্রীকৃষ্ণনা। কেলি—শান্নবা। রসরাজ—শ্রীকৃষ্ণ। পীতাম্বর—সনাফীগেথোম্ব হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ। গুঞ্জমালা—চংনিং পরেং। ধ্বজ-বজ্র-অঙ্কুশ-চিহ্ন—ফীরান্-বজ্র-শামু-কাতিগী লৈই (বিষ্ণুগী চরণচিহ্ন)। রাজীব-চরন্দা—খুযা থম্বান্দা। যোগীন্দ্র হৃদি পদ্ম—যোগী অথোইবশিঙ্গী থমোইথম্বাল। পাদ্য-অর্ঘ্য—চরণ শেংনব ঈশিং অত্থুগা চেং, ঈশিং, যঙ্গোম্ অকম্বনচিংবনা শেম্ব পূজাগী পোৎ। সাষ্টাঙ্গনা—হকচাং কাযাৎ নিপান্না হায়বদি দণ্ডবৎ তৌনা। শিখণ্ডি—শিখণ্ডী, সম্বোধন্দা হ্রস্ব ইকার ওইবনি। ৱাহোং অমোম্ চন্দ্রচূড়—চন্দ্রনা চূড়াদা লৈব মী হায়বদি মহাদেব। চৈদীপতি—চৈদীশিঙ্গী

মপু। গরুড়ধ্বজ—গরুড় যেরূপ ফীরান্ পেৎপ দোলাই তোংব মী হায়বদি বিষ্ণু। শ্রীকৃষ্ণ।মুরারী—মুরকোব দৈত্যগী বৈরী হায়বদি বিষ্ণু । বিনতানন্দন —বিনতাগী মচা, গরুড়। দীন—অতোম্ব। বন্দী—অকম্ব। শ্রীপতি—লক্ষ্মীগী মপুঙো। কালগুপ্না—যমগুপ্না।

## মরিশুব সর্গ

পুরবাসী—নগরদা লৈব মী। মহোৎসব—অচৌব উৎসব। পুর-নারী —নগরগী নুপী। নট—জগোইশাব নিপা। গায়কী—ঈশৈ শকপী। স্বস্ত্যয়ন—মঙ্গল ওইননবগী থবক। কু-রীতি—ফত্তব নিয়ম। সূর্য্যবংশপতি —সূর্য্যবংশগী মপু। দিনমণি—নুমিৎ। কাদম্বিনী—নোং। প্রিয়তমা— চন্নখোইবী, অচাম্বা! পতিব্রতা—মরানিংবী।

## মঙাশুব সর্গ

বৈজয়ন্তধাম—[illegible] রায়েনগী কোন্নুং, স্বর্গধাম্। শচীকান্ত—শচীগী মপুঙো, ইন্দ্র। ভীম—[illegible] মশক্। চামুণ্ডা—[illegible] মমিং অমা, [illegible] লাইরেম্বী। খণ্ডা—কালীগী মতো[illegible]-থাংশাং। রত্নাকর— রত্নগী [illegible] হায়বদি সমুদ্র। কামরূপ—[illegible] মশক্ [illegible] ঙম্ব। কিন্নরী—সাইগী ঈশৈ শকপী। ইন্দ্রাণী—শচী। মরকত—অশংবা মণি। পদ্মরাগ—অঙাংব মণি। বীণাবাণী বামা—[illegible] মখোন্ গুপ্না মখোন্ [illegible] শিবী নুপী। রুদ্রাক্ষমালা—শুগ্রিক্ পরেং। লজ্জাবতী—ইকাইগম্বি, ইকাইখাবী। শূন্যসন্দা—অহাঙব ফমফম্দা। ভ্রাতৃপ্রেম্—মচিন্মনাউ নুংশিনবা।

## তরুকশুব সর্গ

সুরপুরবাসি—সম্বোধনদা হ্রস্ব ইকার। স্বর্গবাসী। দেবেন্দ্রাসন্দা—ইন্দ্রগী সিংহাসন্দা। সুরবালা—সাইগী মচানুপী। সুলোচনা—মিৎ-ফজবী। দিব্য-বীণা—স্বর্গগী বীণা। রসিক নাগর—প্রেম-চেম্ব অদুগা নুপীশিংনা থাগৎনব নিপা। সরোজিনী—থম্বাল। রবি—নুমিৎ। পদ্মিনী—থম্বাল। মিহির—

গুমিং। কিরীটী—অর্জ্জুনগী মমিং অমা। বৈদর্ভী—বিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপী দময়ন্তী। হর—মহাদেব। লঙ্কা - ঙাগী চক্র। ফণীন্দ্র—লীন্-নিংথৌ। লেখনী—কলম্। কিরাত—শাতাম্ব অসিদা মহাদেব।

## তরেৎশুব সর্গ

প্রহরী—থোঙ্গঙাকপ মী। শর অকম্ব। মেদিনী—পৃথিবী। বিপু—বৈরী, যেরুব। রাধেয়না—রাধাগী মচানা, কর্ণনা। সুতপুত্র—কর্ণ। জিষ্ণু, ফাল্গুনি -অর্জ্জুনগী মমিং। কপিকেতু সোংযেকপ ফীবান যেংপ দোলাই তোংব মী—অর্জ্জুন। চন্দ্রকলা—চন্দ্রগী কলা (তরাতকব্ থোবৃপগী শরুক্ কলা কৌই)। কালদণ্ড—যম দণ্ড। শরশয্যা—তেনগী ফমুং। ভানুদেব—নুমিৎ।

## নিপানশুব সর্গ

বীরসিংহ—বীর আথাইব। অর্জ্জুনি—আর্জ্জুনগীমচা, অভিমন্যু। ইন্দু—থা। হনু হনুমান। দিব্যবর্ম্ম- লাতগী লানফী। গাণ্ডীবী—গাণ্ডীব পায়ব মী হায়বদি অর্জ্জুন। কাল অজাগর যমগুম্ব লীশ্লাও ( চপ্ থাযত্তনা হাৎপ লিশ্লাও)। বিবস্ত্র ফী যাওদবা। পুরুবংশ দিনমণি—পুরু শাগৈগী নুমিৎ হায়বদি ভীষ্ম।

## মাপনশুব সর্গ

মানবিনী—তাইবং নুপী। শিরোমণি—কোকী মণি। চন্দ্রচূড—চূড়া থক্তা আদি পিতাগুম্না -মহাদেবগী লাইবক্তা চন্দ্রবংশগী আদি পিতা হায়বদি চন্দ্রদেবগুম্না। বাগদেবী—সরস্বতী। কমলা—লক্ষ্মী। সর্ব্বভুব—গুম্নমক চাব, মৈ। পত্নী—মতু, নুপী। মহাযশা—মিংচৎ চাউব। হর গৃহিনী—মহাদেবগী নুপী। ভবধামদা—সংসারদা।

## তরাহুব সর্গ

দেব নাট্য-শং—লাইশিঙ্গী রঙ্গমঞ্চ (Theatre Hall) বারুণী—বরুণদেবগী নুপী। কেশব—বিষ্ণু। বিধুমুখি—সম্বোধনদা হ্রস্ব ইকার। মায়-থা-মাঙ্গী। মহেন্দ্র—শোরারেন। তাপসী—লাইনিংবী, তপঃ তৌবী। থরো-মপু—থা। মন্দারমালা—মন্দার কোৱ স্বর্গগী লৈরাঙ্গী পরেং। চন্দ্রবংশ মুকুট—চন্দ্রবংশগী মকোক্। বিক্রমাদিত্য—পাঙ্গল য়াম্না কম্ব। বজ্রী—বজ্র পায়বমী, ইন্দ্র। স্বয়ম্বরা—মশানা বর থিজবী। নরবর—মী অপোইব। যৌবনগী অমৃত। উর্দ্ধধাম্—পৃথিবী। উর্ব্বীশ—পৃথিবীগী মপু, রাজা। রাজস্ব—খাজনা। ফলবতী—মহৈ য়াম্বী।

## তরামাথোইহুব সর্গ

রাজ-কেতু—জাতিগী ফীরান্ (National flag)। গজরাজ—শামু-নিংথৌ, ঐরাবত। অন্যায়-যুদ্ধ—নিয়ম-কাযব লান্। নর-নারায়ণ—নারায়ণগী মীগী মশক্। জারজ—মপা খঙদব। হৃষীকেশ—বিষ্ণু। ধীবরী—ঙাফাব জাৎকী নিঙোন্। কুলাচার্য্য—শাগেগী পুরোহিত। কু-কুলগী—ফত্তব-শাগেগী। পীতাম্বর—বিষ্ণু, পদ্মালয়া—থম্বালদা লৈফম্ ওইবী, লক্ষ্মী। ইন্দিরা—লক্ষ্মী। জগন্মাতা—জগৎকী মমা। স্রষ্টা—ওক্কবী। নরাধম—অতোম্ব মীনা। মাতৃঋণ—মমাগী লমন্। মণিহারাফণি—মণি মাঙলব লিন্।

# পরিশিষ্ট (খ)

## অলঙ্কার

১। সমাসোক্তি ( Personification )—

(ক) চৈত্রনা হৃডিঙ লৈশিংদা, নিকুঞ্জ লৈতেংশা!
করি থন্দুনা নোক্লিবা ?······ ১। ২৭—২৮

(খ) ··· তারো উনা; তদেক্কা উবদা
নংবু, শামিম্নরৈ জগোই নামিবনা নঙ্গা। ১। ৪১—৪২

(গ) ঐনা ইনসি হমত্তুনা, হা হুংশিৎ নিংথোও,
সনা চত্নন্দা থাদরু······ ১। ৬৮—৬৯

(ঘ) চাংবহনা পোথাহম্বা নিত্রানা, কদৌঙৈ
মাগী মেঙ্লব তম্বাক্তা পম্বিত্তুনা ঐবু। ১। ১১২—১৩

(ঙ) হে স্মৃতি! কু-কর্ম্ম তৌব মবুক্ ফত্তবনা
থাংমৈ মুথৎপগুম্, ঙসি পামজরে মুথৎপা
নংবু পাপিনী তারানা! মসিদা উপমাস্নু। ২। ১১—১৩

(চ) অথোইব নিপা অহদা, মতেক্ অনিথোক্না,
থুদেক্পিব নহাক্পু, হে লীরুং, মপাঙ্গম্না। ৬। ৭৯—৮০

(ছ) স্মৃতি দূতীগা লোয়ননা কোয়বদা ইতোমতা··· ৬। ১৯১

বাচ্য-উৎপ্রেক্ষা :—

(ক) খোইমুনা ঙংবদা থল্লি—মথোন্ নেয়া
কপ্লি মাল্লে বনদেবী ঐগী অরাবদা··· ১। ৩৬—৭

(খ) উকুল্-মপে ······ নাথগী য়াথংদৈ। ১। ৫—১৬

৩। গম্যমান অমসি প্রতীয়মান-উৎপ্রেক্ষা :—

(ক) ঈরাওথোন্ তাবদা থম্লি—অরূব মখোয়া
নিন্দারি বনদেবনা মহাক্পু······ ১। ৩৮—৯

(খ) ······সূর্য্য-নীংবী সরোজিনী,
'তুবু নিতি নামিবনা হায়দো মনাকোংদা
হুংশিবগী অথুপ্প বাঁ !······ ৬। ৪৫—৭

৪। কাকু বক্রোক্তি :—

(ক) ······ লৈরাংনা লৈমন চম্বদা
কদোউঙে লুনা মহাক্পু তোবগে কনানা ?··· ১। ৫৭—৯

(খ) হিংবগী আশা, কনানা থাদোহ্নগে হেক্তা ? ১। ১৬৬

(গ) অচাবুগ মৈবু কদোউঙে কনা ওস্মি লোৎপা ? ২। ২৬

(ঘ) ··· ·লৈ চামা চামা শাৎপ বন্দা,
মুচাইবা কর্ণিগী ফংলোই মমুপাম্ব, সখী ?··· ৬। ১৯—২০

(ঙ) থোইমু চামা ওংলবস্ত ধনীনা মথোঙ্দা,
··· ··· ··· ···
নামিবনা, শাৎপরনে কদোইঙ্ থম্বায়া,
মনজিং উদয়গিরিদা মিহির উদনা,
কিরীটি ? ৬। ৫৬—৬৯.

(চ) কাউথররবদি নহাক্না, কাউববু ওমুগদ্রা
দ্রৌপদীনা ? ৭। ১০৫—০৬

(ছ) সনা অলঙ্কার-শিব মথোয়না, মকোক্তা,
থৌরিদা, থুত্তা ; মথোঙ্দা লুপা শিদবরা ? ৬। ১৭৬—৭৭

(জ) ··· নররমণি ! কনা কোয় বিদেশতা
নুপী-নহাবু ময়ুম্দা থমজুনা মথন্তা ? ৬। ২০৭—৮

(ঝ) ··· ··· ··· লমহুইনবু

ওঙরা থক্ মরিয়ম্বিদা খা-কিয়োগী শিরঙ্ক ?  ৭ । ৮৮

(ঞ) হিডিঙ কনা খায়াম্তগী কাল অনাথর। ৭ । ৮৯

(ট) মুক্লাম্ব সিংহনা সিংহনার তৌরা
উমঙ্গী শা-ষণ, ফাবদা কপা শক্তি মায়। ৭ । ৮১—৮২

(ঠ) চণ্ডালগী পাম্মূলি ব্রাহ্মণ-নাইরকল ?
মুচি অমোম্‌গী মপিনা মুখংপ্রা কম্লোইদ্র
লম্মৈব ? মুংশিব কুহ খোম্থাংনা কোকিল্‌গী
মখোল্ হৌব মালংববু নক্ষংপ্রা কম্লোইদ্ব ?
পাণ্ডবগী সাধনাবু তৌব্রা অকম্বনা ?
অতুবু চৈবা বুথানি। গুরুজন্নি নংদি ; ১১ । ৯৬—১০১

মসিদা অনানা নীলধ্বজবু কাকু বক্রোক্তিনা চৈরগা 'অতুবু চৈবা বুথানি' হায়রনা অচৈব বাহৈশিংদা থিংবগী মতো উৎনি, মসিনা চৈবত্ত মমেং তাবদি হায়রন্ত অচাকুপদা থী হৈথবনি। মসিদা উক্ত বিষয়ক আক্ষেপ অলঙ্কারনি।

৫। লুপ্তোপমা :—

মহুম্ শাহনা মুঙাইনা, মনঃসিদা চেক্রা
লৈজরম্মী ; ব্যাধশাক্না লাকুম্না কবিগী
মাবু হাৎলৈ ? ৩ । ৩৯—৫১

৬। রূপক :—

(ক) ·········জাতি চেক্রামোম্না
পাইখয়ে মালংব লম্না, কারোলাউ মহাকূপ্‌। ২ । ১৮—১৯

(খ) আশা-গীত অসি শক্‌ই নিতি আক্রমদা। ৩ । ১৯৭

৭। যমক—

(ক) তারানাথ !—তারানাথ ? কনানা খোল্লবা
মিঙ্গীসি ··· ··· ২ । ২০

(খ) নাম অহু চিন্নভানা শোল্লি চিন্নভানা— ৩ । ২১

(গ) ঐগী কুচুপায়...... ২ । ১০৫—০৭

৮। অনুপ্রাস :—

যা-অনি-য়া-শাব থোঙ্‌দা থোঙ্ভাকপ য়া-অনি— ১ । ১১৬

উহৈ-রাহৈ চারি নিঙ্তি, নিঙ্তি কুপাসন্দা

তুমী !...... ১ । ১৪৮

...... ...দর্প তৌনা কন্দর্পনু কৌব ...... ২ । ৩১

.. ......কঙ্কণ কিঙ্কিণী.. ... ২ । ৪৯

তাজৈ নিঙ্তি, ঋষিশিংদৈ, ঋষিকেশ নংনি ;— ৩ । ১

চিন্তাবিয়ু, চিন্তামণি, মাবু খঙ্লবরা ? ৩ । ৬৩

৯। অতিশয়োক্তি :—

(ক) খীকৃথৈ অমৃত চিন্দগী নংবা ।...... ২ । ৬৩

(খ) [illegible] পুরুবংশ-ইন্দু মতম্ চাত্রিইঙদা । ৮ । ৩৭

(গ) ...... জগৎ নাকোরদা অমৃত ধারাসি । ৩ । ২২

১০। উৎকর্ষাত্মক ব্যতিরেক :—

(ক) থোংজম-থম্বাল্ নিন্দিব শ্রীঅঙ্গ নহাক্কী— ২ । ৮৪

(খ) .........শিরম্‌দাইদা ফব-বাখীশিংদো

শিগাসি শোন্দুনা, দেব, মহামন্ত্র ওইনা । ৬ । ১৩৬—৩৭

১১। অপহ্নুতি :—

......... লীক্লা মক্লিক্ কয়া

লৈরাংশিংদা পাক্লিবদো, হে অমৃত চেম্প,

অভাগীগী পি মক্লিক্কি— ২ । ৯৭—৯৭

১২। মালোপমা :—

(ক) দীনবন্ধু, পোক্‌খিনাথ মকম ফত্তবদা !
খনিগর্ভগী মণিগুম্না ; কোঙ্গেং মুক্তী মুক্তা ! ৩। ২৭—২৯

(খ) অহিংসুবী, ফজবীও, থাগা তিন্নবদা
মমৎদবী ; অহিংবী মৈরাগুবী মৈথু মপে
থাওদবী ; ১০। ৩৫—৫২

(গ) ·········নুপী ঈপাকুমায়গী
থম্বাম্নি। খোইমুগী সখী, মুমিৎ মথাপোম্বী,
মালংব-চান্নবী।······ ১০। ৫৫—৬৭

১৩। পূর্ণোপমা :—

(ক) ·········রবি কায়নবদা
পদ্মিনীনা থাবদগী মকা উমশিম্বগুম্
ত্মখিব প্রাণ উমশিন্না নহাক্‌ লৈতবদা। ৬। ৫৩—৫৫

(খ) পাঙ্‌খোরুম্মী পুক্রিং-মিত্তিতুবু হরাওবনা,
সন্ধ্যাদা থরোমপু উবদা তৌবগুম্
থরোনা। ১০। ৪৩—৪৮।

(গ) থাওমৈ অমগা, মঙোম্দৈ চুখিব
অতোপ্প থাওমৈগা, ভাম্বগুম্না চপ্‌ মান্নবা। ৯। ৫৯—৬০

১৪। ব্যতিরেক :—

(ক) বজ্রীগীদৈ হেল্লি বীর্য্য নহাকী লানফম্‌দা— ১০। ৬৯

(খ) মরুব মদম্না ইকাই, ফজবা উবদা— ১০। ৭০

(গ) ········মনন্দুবু লম্মী মাগী রূপ-গুম্না— ১। ৩৪

১৫। দৃষ্টান্ত :—

আশাগুম্না ঐগী নাক্তা লেপ্লোদো ফঙ্গনি ।

... ... .. ... ...

প্রাণ, কনাগী মতিক লৈ হূবা, কোক্কী মণি ? ৬। ১৩৯—৪২

১৬। মালারূপক :—

(ক) ........ গুণী অতৈ লৈগে,

মাগুম্ব । হিমালয়নি চিং জাওশিঙ্গী ম | :

তুবেন্মপু সিন্ধুনদ ; বনশিঙ্গী মপু

খাণ্ডব ; রথী অথোইব মপু দেবব্র°

রথী—বশিষ্ঠগী শিষ্য মকোক্'  ৯। ৩২—৩৫

(খ) সুংশি ঈপাক্কী থম্বান্নি ! আশা আকাশগী

পূর্ণিমানি। ... ... ...  ৯। ৪১—৪২

১৭। Metaphor :—

(ক) 'ভ্রদে কমলনি নাথবু, বক্ষীমণি মানি।  ৬। ৮১

(খ) মেদিনী গৃহণী রমা দ্রুপদ-নন্দিনী—  ৭। ৩৭

১৮। Irony :—

........ ইবুঙ্গী সুকীর্ত্তি মথৈ, থড্‌দ্রা নংনা ?

ইবদা ইকাইজে নাথ, চত্তরে লেখনী।  ৮। ১২৩—২৪

১৯। Apostrophe :—

(ক) হা দয়া, করিণী, ইমা ! পাপসংসারদা—  ৭। ০৮

(খ) তারো নহাক্ বজ্রগুম্না তম্থিব কে ঃখক্'

হে লক্ষ্য !  ৬ ১১৩—৪

অসিনচিংবা.........

